# মৈতৈগী থৌরম পরেং



ইরবা—
থাংজম ইবোতোন
কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই।

# মৈতৈগী থৌরম পরেং

ইজবা—

থাংজম ইবোতোন

কৈশম্পাৎ থোকচোম লৈকাই।

মমল লুপা ৫

# ৱাহৌদোক

মৈতৈগী ইপা, ইপু লাইশিংনা ইরৱা, মিয়োক মিচান, মিয়োক থায়োক কৌবা লাইরিক্কী কৈরৱা ৱাহৈ খরদং শিন্দোক্লুনা মৈতৈগী থৌরমবু চহি চনি চহুমলোম নমথদুনা লৈরবা থৌরমবু মুমথোং খুদিংদা ৱা'হৈ অংতা ওইরবস্তু মতেং পাংবা ঙমগদ্রা খঙ্গবদগী ইজবা মৈতৈগী থৌরম পরেং কৌবা লাইরিকপু মুংশিবীয়ু, চানবিয়ু, লাইরিক অসিগী মতুংদা মংয়েক য়াৎপা হেনবা পুয়মক মথংগী খুৎনমদা শেংদোকচনবা মীয়ামগী মফমদা হুয় হয় খুৎ লোয়না পুনেমজরি।

অইবা —

# য়াহৈ-খরদং

লাইনিং কোলোই মৈতৈ ময়েক অচুম্বা থিবা কাঙলুপ রেজিষ্টার নম্বর ৬৭৪ গুবনা কোঙজবা থাংজম ইবোতোননা ইরিবা মৈতৈগী খোরম পরেং অসিবু, লাইনিং কোলোইগী মীফমদা হয়রি হয়রি পারবা মতুংদা থিজিনগী মীশাম্না য়েংনবা লৈতনা য়ানরজুনা মৈতৈগী খোরম পরেং কৌবা লাইরিক অসি কোঙবা য়ায়না য়ারেপ লৌরে।

সহি—
লুচিং পুরেন, এনদেশ্বর গোস্বামজাৎ
তাং ৫। ৪। ৭৬ ইং

# হীরম লামায়

| হীরম | | লামায় |
|---|---|---|

# ময়েক মশক তাকপা

লামায়

৭ ꯕꯐꯂꯁꯀꯌꯌꯂꯃꯍꯄ

ব ফ ল স ক য় য় ল ম হ প

৮ ꯌꯊꯅꯅꯂꯌꯁ

য় থ ন ন ল্ য় স

ꯍꯪ ꯍꯥ ꯍꯩ ꯍꯦ ꯍꯤꯪ ꯁꯪ ꯁꯤ ꯁꯨ ꯃ

হং হা হৈ হে হিং সং সি ষু ম

১৯

পোং পাং পিং

২০

| | | |
|---|---|---|
| ꯲ | ꯲ | ꯴ |
| ꯲ | ꯲ | ꯲ |
| ꯲ | ꯲ | ꯴ |

২ ২ ৪

২ ২ ২

২ ২ ৪

চেং, লৈ, তিংথৌ, মেক্রুক হাপলগা পুনেমজগনি।

লামায়          মরেক মশক তাকপা

মথাদা বাৎলিবা ব্রোকশিং অসি লানা ২৭ রেং বিয়ু।

হং, বং, সং,



হৌ, হৌ, হৌ, হৌ করো

ভুং, হা, হৈ, হে, হিং, সং, সিয়ুম

র, ফ, ল, স, ক, য়, ম, ল, ম, হ, প,

য়, থ, ন, ন, ল, য়, স,



২৩     পং ফং কং বং সং হং হং কং কং হুং হুং হুং হুং

বং সং ভিং হিং হিং হিং

চেং, লৈ, ভিংথৌ, মেক্রুক কাপলগা পুনেমক্তগনি।

লামার ময়েক মশক তাকপা

২৯ হং ব্রং সং    হৈ লৈ

হিং সং

লৈপুনবা    ঙসি সিদবা মপু

৩০ ছুং হা হৈ হে হিং

৩৫ হং ব্রং সং

৪০ যা ছুং সাং হো হা সা

চেং, লৈ, তিংথৌ. মেক্রুক হাপলগা পুনেমজগনি।

লামায় ময়েক মশক তাকপা

লামায় ৪৩ দা য়েংবিয়ু।

৪৩ হিং হিং হিং হিং হিং

লামায় ৫০ দা য়েংবিয়ু ।

৫০ হং ব্লং সং

লামায় ৫১ য়েংবিয়ু ।

৫১ হুং হা হৈ হে হিং

লামায় ৫৩ দা য়েংবিয়ু।

৫৩ হং ব্লং সং

চেং, লৈ, ভিংথৌ, মেক্রুক হাপলগা পুনেমজপনি।

---

# মৈতৈগী থৌরম পরেং

১। চন্নু নিঙোল হায়বগী থৌরম—

ঙসি মৈতৈ লৈবাক্তা চন্নু নিঙোল হায়বা, হায়নরিবা অসি তাইবঙ মীওইবনা হৌদোকপা থৌরম নত্তে। কোরৌ লাইরেল ফিরানয়াইদা পানবা লাইনিংথৌ শোরারেনগী কাওজনবা (মরা লুহোংনবগীদমক) মালেম অনেম্বদা পানবা লাইনিংথৌ খোইম্নিয়োই পান্দবা, লৈমরেল য়াংলৌ কৈজেংক্তাবিনা পোকচবা, ইমোইন্নু শাক্তাবিগী মরালয়াইদা কোরৌদা পানবা লাইবুংথোশিংনা, ইমোইন্নুবু হায়বা লাকপা অসিদগী কোরৌ মালেমদা চন্নু নিঙোল হায়বগী থৌরম অসি হৌদোকখিবনি।

চন্নু নিঙোল হায়বগী থৌরম অসি ; হৈয়ুম্না চৎনরম্বা কায়দনা খোইয়ুম্না হংকোদা চন্নু নিঙোল হায়বা লাকপা মীনা অমস্তুং চন্নু নিঙোলনা লৈরিবা য়ুমগী মাংশোক্তা (অরাংথংবা) য়ুমগী উখোংবু কোল্লগা চন্নু নিঙোল হায়বগী র৷ হায়বা হৌগনি। হায়রিবা মথক্তা মরোং অসি লাইরমলেনগী চৎনবা লিচৎ-শাজৎক্তা অশেংবা থৌরমনি।

**বাহন্দোক** :—চন্নু নিঙোল হায়বগী বাহৈ পরেংদা খোইয়ুম হায়রিবা অসি, হৈয়ি হয়াগী মথংদা, খোইয়ুম্না পানবা হংকো

কৌবা চক মরিগী অহানবা কো হংকোদা কোয়ৌগী লাইগা, মালেমদা লৈবা লাইমিগা অনিনা হৌদোকখিবনি।

## চন্থু নিঙোল হায়বগী মথংদা শুমাং উরোং থিনবা হৈজিং থরাই পুবগী মৱোং—

শুমাং উরোং থিনবা হায়রিবা অসি লাইরমরেনগী লোননে। হৈজিং থরাই পুবা হায়বা অসিনা মীরমরেনগী থোন্থোক্রী হৈজিং থরাই পুবা হায়বা থোৱম অসিবু খোইয়ুম লাইগী মতাংদা লাইনিংথৌ শোরারেনগী কাওজনবগীদমক (মরা লুংজোবা) মালেম অনেম্বগী থাবুং কৌবা (লমদা হৌজিক্রা চৌংফু কৌরিবা অসিনি) পানকরিবা লাইনিংথৌ খোইয়িয়োই পান্দবা, লৈমরেল য়াংলৌ কৈজেং কাবী অনিনা পোকচবা মচা লৈমা মিংথৈনা নকালনোং, নোংবা লরোল অহোংবী ইমোইপু শাকাবী স্না থাঙগুম মঙাল নাইবী, লুপা থাঙগুম মশেক নাইবী, কোয়ৌ মালেমদা অনি শুদবী লৈমরেল শায়ন চঙখোলবীনা লৈরিবা খোইয়িয়োই পান্দগী শঙ্গাই তম্না লাইনিংথৌ শোরারেনগীদমক কোয়ৌ অরাংবদগী, লাইবুংথৌ মাপল, লাংবুম-নিংথৌ মাপল নোংদম নিংথৌ মাপলনা। হৈ, লৈ, লাপুবা লাইনু পা, নুপী. পুন্নমক্কী মাঙচিংনা লাকপনা লাইনিংথৌ খোইয়িয়োই পান্দবগী শুমাং মথৌপুংদা পুরক্লিবা পোৎ পুন্নমক তেক্ত-কায়দনা পরেং নাইনা থমলে।

বাহন্দোক থরা ঃ—মালেম অনেম্বদা লৈবা লম থাবুং কৌবা অসি, তাইবঙ মীগী চৎনলোনগী মমিংনা চৌংফু কৌয়ে। চৌং অসিনা হৌজিক লৈবা লমদি ইশোক থুলগী অরাং স্না পাৎকী মথা পাংবদা

লেংদনা লৈরি। লাইবুংথৌ মাপল অহুম কুনতরেৎনা, শুমাং মথৌবুংদা কোরৌদগী কুমলকপা লাইয়াম। মালেম অনেম্বদা লৈবা লাইমি ময়াম্বা শুমাং মথৌবুংদা লিক্ লেংবগুম পরেং নাইনা চোননা তিল্লবদা, খোইয়িয়োইপান্দবা, লৈমরেন য়াং-লৌ কৈক্লেং ফাবী অনিগী খুয়াদা হান্না, শুমাং উরোং থিনবগী থৌরম হৌজরগে হায়না পূ্‌নেম্বা ওনগৎলগা মালেমগী লাইমি কোরৌগী লাইয়াম পুন্নমক্কী মফমদা থৌরম হৌনবা রাকৎলে॥

থৌরম হৌনবা মুংগী থোংপুবা তিংগ্রিবা, পানগী থোংপুবা তিংগ্রিবা লাই অনিবু কৌওনা থোংলোল মাপল অনি ·তারা-নিপাল ভাংলবা, থোরাংলো হায়না পাউতাক ফংলবদা, মুংগী তিংগ্রিবনা মুংদা হোৎতনা শুংগী থোংলোন হাংলে” পানগী তিংগ্রিবনা পান্দা হোৎতনা পানগী থোংলোন কাংলবদা। মুং, পান, পুবা তিংগ্রিবা অনিনা লাইবুংথৌ কুনতরেংতা থোং হাংবগী পাউ কৎলবদা (পাউতাকলবদা)।

রা হন্দোক খরা :—তিংগ্রিবগী মরমদা অশম্বা খরা ইথোক-চবা; মুংগী পানগী তিংগ্রিবা কৌবা লাই অসিদি কোরৌগী থোং পুবা লাই। মালেমগী থোং পুবা লাইগী মমিংনি, মীগী হকচাংদা কায়রগা মপানগী মিৎনা উবা থোং মাপল পুরিবা লাইবু পানগী তিংগ্রিবা কৌয়ে। মীগী হকচাংগী মমুংদা লৈবা তাইবঙ মীগী মিৎনা উবা ফংদবা থোংলোন মাপল পুবা মুংগী তিংগ্রিবা কৌয়ে॥ কায়রিবা মরম অসি অমুক হেন্না থংগে নীংলবদি অহল নাক্ত চঙবিয়ু।

## তিলথা, লাইথাগী থৌরম

কোরৌদগী লাইয়াম্না পুরকপা পোংকী মথুং তিনথা লাই-থাগীদমক য়াওদবা য়াদ্রবা লা, লাগী মমিংনা তোয়বি তোইখ্যা লানথেম্বী মরালি কৈহৌ নাওকল, লা, পোইরৈ থুম্নোক লা, নোংমাই খুবাং লা, মেদে নিংথৌ নুংগায় চীদা পানবা লা, খাবা লায়াক তোনদনবা, অমাই চংবি লারাক কৌবা লাবু লারাক শেৎনা হৈরাং শেৎনা লৈয়াংগী লৈচা খায়না অমম্বা মরোল অহুম অঙানবা মরোল অহুম হৈরাং লৈরাং শেৎনা তমজবা হৌরে।

কোরৌ মালেমগী, অমম্বা মরোল অহুম নুংদগী, মালেমগী অঙানবা মরোল অহুমদা চোংথোকলকপা লমদমগী মিংথৈনা পোইরৈ ময়াইস্তম খোংবাল লাংগোই শাংরোকপুং চোইনৌ সনা চংলৈরেল লুবা থেবা মরাল নাপনবা পুং বাংরেল, পুং তরা তাকক্রা লোখায় তিনশিনবা, পুংরেল ময়াইরেল, য়াইফবা পুংদা পানকরিবা লাইনিংথৌ স্নায়াইমচিক য়াইনিংথৌ খাবা লম-কেৎপা অমায় লম থোইবা চিংঙু ফকতোম ফম্বা থোংনাং লাই-জিং ফম্বা, খমলৈ মিনুং কোলগী থোগাও ঙম্বা, শিদবা অহুম্মকী লাইজিং ফম্বা খানা চাউবা লাইনিংথৌগী খুয়াদা কোরৌগী লাই-বুংথৌ কুনতরেৎনা, কোরৌদা পানবা লাইনিংথৌ শোরারেনগা, মালেমদা পানবী ইমোইনু শাকাবিগা অনিগী কাউজনবগী শুমাং মথৌবুংদা উরোং খিনবগী হৈরাং শেৎনা, লৈরাং শেৎনা তমজরী।

তাইবঙ পানবদা লৈরিবা থরায় পানবা পুম্নমক্কী অচুম অরান খায়রিবা শুগুমু খূলগী মথা পাংবা সুংথোক্তদা পানক্ফরিবা লাইনিংথৌ ৱাংব্রেন্দা হৈরাং শেংনা, লৈরাং লৈকা শেংনা তমজরি।
ৱাংন্দোক লাইনিংথৌ খাবগী মরম থরা শম্না হন্দোকচবা, থাবা কৌবা লাইনিংথৌ অসিদি অপোকপা মশক খণ্ডদে, লাইরিক্কুগী ফংবদি কোয়ৌ মালেমগী অমম্বা মরোল অহুম সু'দগী মালেমগী অতানবা মরোল অহুমদা চোংথোরকপা মফম্না শুগমু খুলগী খালাইদি পাংবা পোক্তরে ময়ায় সুম হায়বা লমদমদি, মিতম উ হৌরিব' লমদগী খা মৈরম পাংবদা লাইনিংথৌ খাবগী শঙ্গাই শাক্রনা লৈরিবা মফম অসিদা খাবগী কোম্মুং শেমখি কোম্মুং লৈরবদি সুংক্ষেং শেমলে। থাঙ্গপাং শেমলে হায়রিবা মফম পুম্নমক উসি ফাওবা লেঙদনা লৈবা উবা ফংবিগনি। মরম পুম্নমক অখণ্ড অহৈদা হংবিরগা মুন্না থগবিগনী॥

ৱাংব্রেনগী মরমদা খরদং ইজবা।। মালেম (পৃথিবীদা) লৈরিবা মী পুম্নমক মাগী মাগী জাৎকী (ধর্ম্ম) গী চৎনবীগী মতুং ইন্না লাই পুম্নমক্কী মমিং তোঙান তোঙান্না খোনখিবনি।। মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা মীনা নুংথোঙ কৌবা জমদমদা নুংগী শঙ্গাই শাড়না পানক্ফরিবা লাইনিংথৌগী মিংথৈদি লাইরমলেন্দা অশি নিংথৌ কৌয়ে। মীরমলেন্দা ৱাংব্রেন হায়না খঙনরিবা লাইনিংথৌদি তাইবঙ পানবদা লৈরিবা থরায় পানবা পুম্নমক শিবা কায়বা মতম য়ৌরবদা লাইনিংথৌগী নাক্তা হান্না থুংলগা মহাক মহাক্কী তৌজরকপা অচুম অরানগী মতুংইন্না ৱায়েনবিরিবা লাই-

নিংথৌ রাংব্রেনগী মথক্তা থরা হায়জরিবা অসিগী অচুম অরান্নি অহল নাক্তা চঙলগা খঙবিগনী।

থরায় পানবা পুন্নমকী থরায়গী লিচুইকম ওইরিবা নোংপোক নিংথৌ অপানবা তাইবঙ পানবগী অমম অঙালবু খায়বিরিবা লাইনিংথৌদা হৈরাং শেংনা লৈরাং শেংনা তমজরি।

মারজিং কৌবা লাইনিংথৌ খিক্নমলেন কিংনাইবা কৌবা খুংস্নু থাঙলেনবু পায়রিবা লাইনিংথৌগী খুয়াদা হৈরাং শেংনা লৈরাং শেংনা তমজরী।

অরাং কৌব্রু অশূপ্পা লাইয়াম খুন্দা অহানবা শরিক মপান থাব্রিচৈদা নোংথৈ মউ লিংবা, নোংথৈ মউ লিংব্রিচৈদা শরিক মপান থাবা লাইনিংথৌদা, শোরারেনগা ইমোইনু শাকবি অনিগী কাওজনবগী শুমাং উরোং খিনবগী হেরাং শেংনা লৈরাং শেংনা তমজরি।

কেগে লাংবুম অরিবা, মোইরাং লাংবুম অঙসবা থাংজিং কৌবা লাইনিংথৌদা, শোরারেনগা, ইমোইনু শাকবী অনিগী কাওজনবা ( মরান লুহোংবগী ) হৈরাং শেংনা লৈরাং শেংনা তমজরি।

হান্না হৈবা, কোম্না লোইবা, মালেমগী য়ুম খুদিংদা ঙান-থোইরিবা লাইনিংথৌ সনামহিগী খুয়া থাদা, সোরারেন ইমোইনু শাকবী অনিগী কাওজনবা ( মরান লুহোংবগী ) হৈরাং শেংনা লৈরাং শেংনা তমজরি।

ৱাহন্দোক :—লাইনিংথৌ স্নামহিগী ৱারমদা শন্নপ্না ৱাহৈ খরদং ইজব। । মালেমদা লৈরিবা তাইবঙ মীগী য়ুমথোং খুদিংদা তাম্মোইবিরিবা, হান্না হৌবা, কোন্না লোইবা হায়বা মিংথোল অসিবু মেতৈ লৈপাক্তা লৈবা মীনা মৈতৈলোন্দা লাইনিংথৌ সনামহিবু খঙ্গৈ। লাইনিংথৌ সনামহি হায়রিবা মিংথোল অসিদি হয়িচক, হয়াচক, লাংবাচক, কোন্নচক হায়রিবা চক মরি অসিনা ওন্না ওন্না লাকপনা চক মরিনা তরেৎলক শুরকপা, চক্কী মশিংনা কুনিপাল (২৮) শুগী অরোইবা কোন্নচক্তা থোনখিবা মিংথোলনি। লাইনিংথৌ সনামহিদি, কোরৌ, মালেমদা করিস্ত করিস্থ লৈত্রিতৈদ লৈরবা লাইনিংথৌ মহাক্নি, মথক্কী ৱারম অসি লৈবনা, লাইনিংথৌ সনামহিনু, হান্না হৌবা, কোন্না লোইবা হায়রগা খঙনরিবনি লাইনিংথৌ মহাক্কি কোরৌ মালেমদা লেঙলিবা পুন্নমকস্থ মহাক্না ওইবনি লেঙদবস্থ মহাক্না ওইবনি। ইবুংঙোমক্কি লৈরু লৈরুবা মফম পুন্নমক্তা তোঙান তোঙানবা মিংথোনবনি। লাইনিংথৌ মহাক্কি অচৌবস্থ, মহাক্না ওইবনি অপিকপস্থ মহাক্ন ওইবনি। ঙসি কোবস্থ মহাক্নি হয়েং কোবস্থ মহাক্নি, হংচিং কোবস্থ মহাক্নি। মহাকা ৱাহৈ খরা অসিদগী হেন্না খঙবিনবা অখঙ অহৈনা, অহল নাক্তা চঙলগা অমুক হেন্না কমহনাবনবা হায়জরি। থা তরানিথোইগী ময়েক্কী শক্তম

[illegible]

হৈরাং শেংনা, লৈরাং শেংনা শুমাং উয়োং খিনবগী পোংলমবু তমজরি।

সুমিৎ চয়োল তরেৎকী ময়েকী শকুম।

[illegible]

হৈরাং শেৎনা, লৈরাং শেৎনা শুমাং উরোং খিনবগী পোৎলমসু তমজরি। তমগী মথাই মথাগী ময়েকী শকুম।

[illegible]

দা হৈরাং শেৎনা, লৈরাং শেৎনা শুমাং উরোং খিনবগী পোৎলম তমজরি।

মাইকৈ ভানব (ভাকপা) লাইগী মিংথৈ॥ (১) করি কোবা লাইদা হৈরাং-লৈরাং তমজরি। (২) কান্না কোবা লাইদা হৈরাং-লৈরাং তমজরি। (৩) নোংদম খুবা কোবা লাইদা হৈরাং লৈরাং তমজরি। (৪) পিশাভাও কোবা লাইদা হৈরাং-লৈরাং তমজরি। (৫) যুকা কোবা লাইদা হৈরাং-লৈরাং তমজরি। (৬) উশিংবা কোবা লাইদা হৈরাং-লৈরাং তমজরি। (৭) উরৈবা কোবা লাইদা হৈরাং-লৈরাং তমজরি। (৮) সুসেন কোবা লাইদা হৈরাং-লৈরাং তমজরি।

বাহন্দোক:— মাইকৈ ভাকপগী মরমদা খরদং ইজবা। করি হায়রিবা অসি মমিংনী, মহাক্ক মথা থংবা মাইকৈ ভাকপা লাইনি। কন্না হায়রিবা অসিনা মমাং থংবা মাইকৈ ভাকপা লাইনি। নোংদম খুবা হায়রিবা অসিনা অরাং থংবা মাইকৈ ভাকপা লাইনি। পিশাভাও কোবা অসিনা মনিং মাইকৈ ভাকপা

লাইনি। য়ুহা কায়রিবা অসিনা মোইরাং যম্থোং ঙাকপা লাইগী মমিংনী, উশিংবা হায়রিবা অসিনা মৈরম্ব ঙাকপা লাইগী মমিংনী, উরৈবা কৌবা অসিনা লোংপোক চিংখৈবু ঙাকপা লাইনি, য়ুসেন কৌবা অসিনা কৌব্রু লিকলম ঙাকপা লাইনী, মথক্তী ইজরিবা খরা অসি ঐথোয়না থিবদা কংজবা খরা ইজবনী। কোরৌ পুবা লাইনিংথৌদা সুমাং উরোং খিনবগী হৈরাং শেংনা, লৈরাং শেংনা তমজরী।

মালেম পুবা লাইনিংথৌদা সুমাং উরোং খিনবগী হৈরাং শেংনা, লৈরাং শেংনা তমজরী।

কোরৌগী পেনা খোংবা নিপালদা সুমাং উরোং খিনবগী হৈরাং শেংনা লৈরাং শেংনা তমজরী।

মালেমগী পেনা খোংবা নিপালদা সুমাং উরোং খিনবগী হৈরাং শেংনা, লৈরাং শেংনা তমজরী।

লমবু কোনবা লমগী লাইদা সুমাং উরোং খিনবগী হৈরাং শেংনা লৈরাং শেংনা তমজরী।

শাগৈ পোকপা অপোকপা লাইদা কাউজন্নবগী সুমাং মথৌবুংদা উরোং খিনবগী হৈরাং শেংনা, লৈরাং শেংনা তমজরী।

বাহন্দোকঃ–হৈজিং পুবা সুমাং উরোং খিনবগী থৌরমবু খুডনবা কোরৌ মালেমদা লৈরিবা লাই ময়ামদা হৈরাং শেংনা লৈরাং শেংনা সুমাং মথৌবুংদা উরোং খিনবগী লেঙদবা বাশকী শরি নামুংবনি। চৎনলোন্দা সুপা ময়ুম্না সুমাং উরোং খিনগ্র-বদি চৎনিঙোল অদু সুপা ময়ুমগী ওইবে, হায়বা খুডননবা লাই-গামদা হৈরাং, লৈরাংনা বারেপ্পবগী খুদম উৎপা অসিবু সুমাং

উরোং থিনবা কৌয়ে। খাগেম্বা নিংথৌগী মমাংদা ইপা, ইপু লাইওইবশিংনা চংনবম্বা চংনপথাপ্পী।

## কাওজম্ববা ( মরানলুহোংবা ) গী খোৱম

ঙসি তাইবঙ মীনা চংনরিবা কাওজম্ববা ( মরানলুহোংবা ) হায়বা অসি তাইবঙগী তাহক, হম্বিচক, হয়াচক লাংবচক, কোয়চক, মখোয় অসিদা হৌদোকখিবা খোৱম নত্তে। খোইয়ুম লাইগী তাহক অহানবা কো, হংকোগী অহৌবা মতাংদা খোইয়ুম লাইনা হৌদোকখিবনী। কোরৌ, মালেমদা কাওজম্ববা অহানবা হৌদোকখিবা মুপা, মুপী লাইঅনিগী মিংথৈদনী কোরৌ অবাংবা লাইরেন ফিরান য়াইদা পানবা লাই নিংথৌ শোরারেন;

মালেম অনেম্বা থাবুং কৌবা লমদা পানবা লাইনিংথৌ খোইয়িয়োইপান্দবা, লৈমরেল তাঙদনা তরুং তরংবী য়াংলে কৈজেং কাবী অনিনা পোকপ মচা মুপী লৈমরক্তগী অথোইবী, মিংথৈনা নহাল নোং, নোংবাল লোল অহোংবী ইমোইশু শাকবীগা, শোরারেন সনা খোমুদোন অতোম্বা কোঞ্জিল তিংথোকপগা, অনিনা মালেম অনেম্বগী থাবুং কৌবা মফমদা কাওজম্ববা ( লুহোংখিবা ) অসিনা কোরৌ মালেম (পৃথিবিগী ) অহানবা হৌখিবা থোৱমনী। শোরারেল, ইমোইশু শাকবী অনিনা হৌদোকখিবদগী ঙসি কোরৌ, মালেম ( পৃথিবিগী মপুংদা তাইবঙ মী লৈবা মফম পুম্নমক্তা কাওজম্ববা ( মরান লুহোংবা )গী খোৱম অসি কায়দনা চংনরিবা অসি লাইরমলেন লাই হয়াওবা কৌয়ে।

কাওজম্নবা ( ময়ানলুহোংবগী ) থৌরমদা য়াওদবা-য়াদবা থোইবুম লাইগী মতাংদগী য়াওরম্নবা পোৎলম হৌজিক্সা ফিরুক মুংশাং অমদা হাপকদবা পোৎশক—হৈ মনম নাইবা অমা, হৈক্রু থবা, হৈনিং, মুং হবাই থবা, লৈশং মাপোপ অমা লপিং মপোপ অনি, য়েংবা কোনবা শিং মপাক অমা, ওইনা কোনবা শিং মপাক অমা রাংপা য়াদ্রবা পোৎলমনী অপোক অশাগী পোৎলম—লমগী লাইগী পোৎলম নাহৈনবা তাই-রেল মনা, পোংকাই, চকু অহনবা অমদা ঈশিং হাপ্নগা নাহৈক্ত শেমগনী।

## কাওজম্নবা (মরানলুহোংবগী ইংখোলগী কোম্থোংগী থৌরম

যুমগী কোম্থোংগী থৌরমদা লাওগদবা থৌরমগী পোৎলম লফু অমা, চু অমা, যুংলিবা অত্নগী মখোংদা চকু অহনবা মচা অমা, ইরাৎফু শেমত্নবা থমগনী, চফুগী মঙকশমদা মচু তরেৎকী লৈরাংনা লেংবা পরেংনা অহুমলক কোয়শিন্নগা কিগনি। লাদা কৌ থবা হাপলগা কোগী মথক্তা ইরাৎফু থমগনি। থমলিবা ইরাৎফুগী মাংদা হৈরুক পানা খোইরু থাঙৈ শেল অমা থমগনি, মেক্রুক থাগনি, ইরাৎফুদা ঈশিং হৈগনি, চেং. লৈ, তিংথৌ মাপোপ হাপকনি, চকু মচা অমদা তাইরেল পোংকাই ঈশিং হাপ্নগা থমগনি অমাকপা মী পুম্নমক নাহৈনা চাইথোকনি, মথক্তা হায়রিবা থৌরম অসিদি ম্না সোজ্ঞ ময়ামগী থৌরমনি।

**বাহন্দোক অশম্বা থরা ঃ**—তাইবঙমীগী শুমাং মথৌপুংদা তৌবা থৌরম খুদিংদা, ইংথোলগী কোম্থোংগী থৌরম কায়দনা তৌগনি। কোম্থোং পুরিবা লাই অনিবু পেননবা তৌবা থৌরমনি। লাই অনি অসিদি লাইনিংথৌ স্না মহিনা শাইওনবা লাইনি অচম্বা নত্তে। লাই অনি অসিনা মালেম, (পৃথিবীদা) লৈবা তাইবঙমীগী ইংথোলগী কোম্থোং খুদিংদা চঙলক্নবা হিংচা য়াইতম্বা তিলমু লাইমু কঙবা শারোই ঙারোয় পুন্নমকপু, ঙাকথোকপিরিবা লাইনি। মরম অসি লৈবনা থৌরম সুমিত্তা কোম্থোংদা স্ন শেংঙু মোরাসগী থৌরম অসিবু য়াম্না কিনা লুনা তৌনরিবনি। থৌরম অসিগী মরমদা অচুম অয়ান খঙবিনিংলবদি অহল নাক্তা চঙলগা অশেংবা খঙগনি।

## চোয় মাগুবকী যম্থোংগী থৌরম পরেং

চোয় (মাগুবকী) যম্থোংগী থৌরমদা চঙগদবা পোৎলম কিজং অঙৌবা মচা অমা থনগনি, কিজংগী মথাদা কি অঙৌবা অকনবা অমনা খুদা শেমগনি, খুদাগী মথক্তা লফুরিক অঙাঙবগী লৈ মশীং তরেৎ, লাংথৈ মপোপ অহুম লাদা হাপ্লগা কজনা শেমজুনা থমগনি। খুদাগী মমাঙদা হৈরুক, পানা, শেল অমা, থোয়রু থাউথৈ, সেক্রুক থাগনি, লৈ কজবা থরা থমগনি। তৌরিবা থৌরম অসিবু কৌজিকী চৎনরিবা লোনদা মাগুন মপু কৌনরিবা অসিনি।

চোয় (মাগুবগী) যম্থোংদা শেমলিবা খুদাগী মথক্তা ঙাম্থোইরিবা লাইগী; মীংথৈরেন্দি, থাদৈ নামুং তায়া তাবা কৌবা লাইনিংথৌ, মৈ অরাবনা, কিতেৎনরিবা, ঈশিং অচৌববু খুনেৎনবা,

নমি পানবা, লোইদাম থাজবু থাদাংজেৎ ওয়না লাকপা, মপুং ফাবা, লোইদাম থাজবু থবাক্তা পশ্বা, মালেম, ( পৃথিবী ) পুম্ন-মকপু মৈশা পৌরিবা, সুমিৎপু খুৎশুনবা ( খুৎনা পায়না )পায়রিবা লায়নিংথৌগী হকচাংগী তুরিক, তুরিক খুদিংদা, থরায় মিচাক থোকপা, য়েৎথংবা নাদা শক্তি নাচোম ওইনা চিনবা, ওই থংবা নাদা থাবানা নাচোম ওইনা চিনবা, সুংশিৎনা শমলাং তাবুল-নরিবা, শেলগী খুরুম তোংবা, সুংবিয়েল শিদবা খুদানবা, নিনাং নাদবা খুনেৎনবা, থরায় মচাক নিংথৌ শিদবগা, তাকনা মরি লিতিম্নরকপা, অরাং নোংফু মহুম সুং, অথুম্না, সুংগোল কম্বী চিকথোইবা, থরায় লেংদবগী লিহুইকম ওইরিবা, লাই-নিংথৌনা থরায় পানবা পুম্নমকী, চারোল তরেৎ তান-ফংবা, শুমুং তরেৎ তানফংবা, লৈরাং পোমনাই, শাৎনাই পুদিনলৈ।

কোয়ৌ মৈদা কেমদ্রবা লৈ, রাংবল মৈদা, পত্রবা লৈ, পাথং তরেৎ লোলথংলৈ, পুঙ্গ তরেৎ লোনজিল লৈ, শিঙেল লৈরাং লৈপুনবু, শেম্বিবা লাইনিংথৌদি, মৈত্রং, ঈশিংত্রং গুংশিৎত্রং, ত্রং, ত্রং, ত্রং, অহুম্না মশাদা তিনলিবা, লায়নিংথৌ, যস্থোং কৌবা লাইনিংথৌনা মাগুবগী যস্থোংদা তানথোইরিবা লাইনিং-থৌগী য়াথং লৌরগা, থৌরম পুম্বা হৌগনী লাইশোন ঈশৈশস্থ পেনানা হৌগনি।

**বাহন্দোক অশঙ্বা থরা :—** তাইবং মীনা ওসি মরা লুহোং-বগী থৌরম সুমিৎতা চোয় (মাবগুকী) যস্থোংদা মপু ওইনা

ভানখোইগনবা লাইনিংথৌগী মিংখৈদা, লোংপোক শান্নবা (শপোকপা) চীংদা বায়েনবা থালৈ নামুং তন্না ভাবা কৌবা লাইনিংথৌদা মালেম (পৃথিবিদা) লৈরিবা থরায় পানবা পুন্নমক চারোল, শুরোল তানবা শিংজেল লৈরাং লৈপুলন শেম্মিবা মপু লাইনিংথৌনা মাগুবকী মস্তোংদা ভানগাইবা নত্তনা মরা লুহোংবগী খোৱমদা অতোপ্পা লাইনা মত্তেংদা মপু ওইনা ভানখোংবা য়াদে।

শোন্না পুংদা তেংপানবা মপুগী ফম্মাল শেম্বা খোরম

তেংপানবা মপুগী ফম্মাল শেম্বগী মফমদি, য়ুমগী শুমাং মথো পুংগী শোন্নপুং কংলাদা ফম্মাল শেমগনী অশেংবা (শেংলোক্রবা) লৈপাকী মথক্তা ফজবা লা থারগা লাগী মথক্ত লাইনিং খুদা নিপাললা ফম্মাল ওইনা য়েক্রগা য়েকলিবা অতুগী মথক্তা অতৌব কি অমা থাগনী। ফিগী মথক্তা তেংপানবা মপুগা তত্নগ্রং লাইরিক অমা থমগনী।

লাইরিকী মমাংদা ফজবা লৈ অত্তাংবা মশীং তরেৎ লাংথৈ মপোপ অহুম, মনম সুংশিবা ফজবা লৈ থনা থেনগৎতুনা থমগনী লৈগী মমাংদা হৈরুক, পানা, শেন অমা, খোয়রু থাংমৈ, মেক্রু থারগা তেংবানবা মপুগী মথোং থাদা লাইশোলগা লোয়ননা লৈর লৈহুল তম্নগা পুনেমজগনী।

লৈরাং লৈহুল তম্বগী লাইশোল মরেকতি
হং রুং সং অসিনি

বাংশোক অশম্বা থরা:—ইজবা তনি তাইবঙ মী ওইবা এ খোয়না তেংপানবা মপু হায়না কৌনরিবা, শোয়রিবা মিংথৈ অসি

মশক, মরোং অসিনী হায়বা খঙনা কৌবা মিংথৈ নংতম্রা নিংই, মরমদি লাইনিং কোলোয় মৈতৈ মখেক অচুম্বা থিবনস্ত, অরেপ্পা মশক মও' থওবা ঙমদে খঙবা ঙমদবনা মরম ওইদুনা এখোয়গী কাংলুপ্পা লৌরিবদী কোরৌমাসেমদা, করিশ্ত, করিস্ত, লৈত্রিথৈন্দা লৈরবা অম হায়ব' অত্তবু মীয়াম্না কৌনরিবা শোন্নরিবা, ঙেং-পানবগী মপু হায়বা অত্ত ওইবা তাবা হায়না খল্লে এখোয়না খঙনরিবা অসিনা অচুম্বনী হায়বস্ত ঙমজদে।

## বোর মনিক (বোর) গী যুমগী থৌরম

বোর মনিক (বোরগী) ময়ুমদা মরান লুপোংবা চৎনবগী থৌরম পরেং অনানবদ যুমগী কোম্ভোংবু ঙাকলিবা সনা সোঙ্ক,ঘো-রম্বাগী থৌরম লাংগনী, কোম্ভোংগী ময়াইদা লৈপাকপু ঈশিংনা শেংনা চাম্থোক্কনী, লৈপাকী মথক্তা খুদা শেম্নবা লা থাগনী লাফু, চু, যুংগনী, কৌ খরা লাদা হাপ্নগা থমগনী চফুদা ঈশিং থম্না কৈগনি, চফুগী মঙকশমদা মচু তরেংকী লৈনা লেংবা পরেং অমনা অহুমলক কোয়শিন্না কিগনি ইরাংফুদা চেং, লৈ, তিংথৌ হাপকনী হৈরুক, পান। খোয়রু থাংথৈ থানগনী মেক্রুক থাগনী; নাহৈক্রু অমদা তাইরেন পুংফাই; ঈশিং হাপলগা থমগনী; অরাকপা মীবু নাহৈগনী।

বোর মনিককী ময়ুমগী মাঙ্গোল থেনচং লাংদা বোর মনিক-না ফম্নবা ফজবা খুদা অমা থাপনী খুদাগী মাংদা বাদা কৌ খরা

হাপ্লুনা থমগনি কৌগী মথক্তা চকু অহনবা অমদা ঈশিং থম্না হৈরগা খিনগনী চফুগী মঙকশমদা মচু তরেৎকী লৈনা লেংবা পরেংনা অহুমলক কোয়শিন্না কিশিনগনী ঈশিং হায়া চকুগী মমাংদা হৈরুক, পানা, লৈ ফজবা অহুম, সনা, ভাংগা লুপা ভাংগ শেল অমা থোয়রু থাংমৈ মেক্রুক থাগনি অখং অহৈনা বোর মনিককী য়াইকা থৌজাল কংনবা লাইশোলগনী লাইশো-লবগী মতাংদা মাংদা থমলিবা ঈশিং থম্না হাপপা চকুগী মপুংদা ভারিবা মমিবু মুন্না য়েংলগা ভেংপানবা মপুবু পুনেম্বগা লোয়ননা থৌনিজগনী

## বোর মনিককী য়ুমগী থৌরম

বোর মনিকনা লাইশোলগী থৌরম লোইরগা মপা মমা অনিবু মাংশোক কামেন কমহল্লগা মহাক্না লৈজবা লংলা অমমমদা ওইরবসু, মপা মমা, অনিগী ঙসিগী থৌরম অসিবু শোয়দ। ঙামদবা পীনবিয়ু হায়না মপা, মমাগী থৌজাল নিজগনী। বোর মনিকনা সনা, লুপা কোনয়াই ঈশিং চফু অথনবদা থাগনী মপা মমা থৌনিবা লোইরগা ইমুংদা ওনশিল্লগা লাইনিংথৌ লৈমরেন অনিগী খুয়াদা মরান হোংবগী থৌরমবু থৌজালগী মিৎয়েং শাংথৈবিনবা পুনেমজগনি লাইনিংথৌ লৈমরেলদা পুনেম্বা লোইরগা হঞ্জিন্দুনা কমকমলাংদা কমগনি কমকমদা কমলগা মরানলুহোংকমদা চৎপা মতাংদা শরগী ওই য়েৎ য়েংলগা অকবা লাক্লবদা সনা য়াই-নিংথৌ য়াই মচিক তশংববু শোন্নগা হৈনা থোংথাংদা থাহুনা

লাকপনা কোম্থোংদা লৈরিবা স্না সোঙ্গু, মোয়াম্বনু য়েৎনা কাম্না চৎকদবনী।

## চংবা মনিক (নুপীগী) ইমুংগী খোরম

চংবা মনিকী ইমুংগী খোরমদা চংগদবা পোৎলম, রাই-তৈথোকপা লৈপাকী মথক্তা চংবা মনিকী কাওজনবা মরান লুহোংবগী অফবা খেন চাং য়েংনবগী কমকম অম। ফজনা শেমগনী, চক্ষুমগী মাংদা লাদা কো খরা হাপ্লগা কোগী মথক্তা অংনবা চক্ অমা খিনগনা, চফুদা ঈশিং থম্না হৈগনী, চফুগী মতক-শমদা মচু তরেৎনা লেংবা লৈরাং পরেংনা অহুম্নক কোয়রগা কিশিনগনী। ঈশিং অথনবা চফুগী মমাংদা স্না তাজ, লুপা-তাঙ্গা, হৈরুক, পানা, শেল অমা লৈ কজবা অহুম, খোয়রু থাউরৈ থানগনি, মেক্রুক থাগনী, খোরমগী লাংলিবা পোৎলম পুম্নমক নাহৈগনী।

অথং অহৈনা চংবা মনিকপু শেগ্লীবা কমকম লাংদা কমহল্লগা অথং, অহৈগী লাইশোলগা লোয়ননা স্না, লুপা কোনয়াই থারগা পুনেমজগনী।

স্না, লুপা কোনয়াই থাবা লোইরগা চংবা মনিক (নুপীনা) মরান লুহোংনবগী ফিজোল শেৎকনী, শেৎকদবা ফিদি হিজময়েক কোবা মপান্দা অঙাংবনা চিংলাই য়েকপা অমুবনা তমলাই য়েকপা, অকোইবিনা থম্বাল শাৎপা ফনেক অহনবা শেৎকনী। ফুরিৎতি মচু অশংবা লমশংমানবা মচুগী ফুরিৎ লিৎকনী, ইন্নবা ফিদী লমথাংখুলক ইনগনী, ফিজোল শেৎপা লোইরগা মুমগী

লাইনিংথৌদা হৈরাং, লৈরাং তম্না থৌনিজবা, সনথোং অপানবা কৌবা লাইনিংথৌ ইবুংঙো নমোম্না মতাং থরা লাইনিংথৌগী থৌগল তৌজবদা অরান অহুই, কোংগায় মাওখিবা, নমোমবু থোয়থা, লিনথা, থাবিদনা নমোম্না তাইবঙ কাওবা শিংবুম সুমিৎ তরুক্লৌগী ঈমপাল থাবা সুমিৎতগী, লাইনিংথৌগী যলশেল লেংগী যল মশীংদা চনবিদুনা ওসি কোয়ৌ লোঙ কাওবা শোয়দ ডামদনা পানজরিবা অসিগুম্না, নমোম্না মৌ অতোপ্পগী ময়ুমদা লৈপ্রবস্তু, লাইনিংথৌগী যলশেল লেংগী নল মশীংদগী কাইথোকপিদনা, পুন্সি থোয়রেন কাওবা কনবিম্ হায়না খুয়া থাদা কম্না কম্না পুনেমজরী।

ইমা লৈমরেল শিদবীগী খুয়াদা হৈরাং, লৈরাং তম্না থৌনিজবা, ইমা ইবেম্মা নমোমনা কুমজ্জা থরা ইমাগী থৌগলজবদ অশোয়বা, অরানবা কোংগাইবু ইরান লৌবিদনা নমোম্না লুহোং ইবা মীগী ময়ুমদা চৎপদা হমা নংনা নমোমবু নথাদা কোন্দুম পুবিয়ূকো হায়না পুনেমজগনি॥ পুনেমলগা হঞ্জিন্না ফমফম্লাংদ ফমগনী॥

চংবা মনিক (সুপী) নিংশাগী ওই, য়েৎ য়েংলগা, খেল চাংগ অকবা মতাংদা মাংদা খিনালব ঈশিং অথনবদা মায় লুকনা মুম্না য়েংবদা ঈশিংদা তারিবা মমি অতুদা তেংপান মপুদা পুনেমজরগা, হৈনা থোংথাং কায়দনা থোংকাপ অহুম থাংলগা চংবা মনিকপু পোকপা, মপা মমা অনিনা মাংশোক ফমেন

কয়লিবা মপা, মমাদা মহাক্না ওমজবা লংলা অমমমদং ওইরবস্থ তমদুনা মপা মমা অনিদা মহাকী মপূকনিংগী অপাম্বা থোনিজগনী।

**বাহন্দোক:**—চংবা মনিক (লুহোংগদোরিবা) সুপীবু চংবা মনিক কৌয়ে। মালেম (পৃথীবীদা) লৈবা সুপী হায়রিবা অসিদা লাইস্ত ওইসস্থ তাইবঙমীস্থ ওইসস্থ মালেম (পৃথিবীদা) লৈরিবা থরায় পানবা পুন্নমকী মমানি॥ সুপীবু থরায় পানবা পুন্নমকী মমানি হায়বগী মরমদি কোরৌ মালেমদা থোকলকলিবা থরায় পানবা পুন্নমকদি সুপী অমস্থং অমোমগী মশাদগী থোকলকপা মরম্ব হায়বনী। হায়রিবা মথকী বারোম পুন্নমক চুম্বা য়াই, লানবা য়াই অত্রবু ঐথোয়না থিবদা ফংবা মতাং থরদং ইজবনী।

## গরান লুহোংবগী মৈগী পোৎলম থেনগৎপা

চোয় (মাগুবকী) অবাং চিংথৈদা মৈগী থোরম তৌনবা মফম মজনা শেমগনী শেমলিবা মফম অদুগী ময়ায় চানা য়ামনা যেক্লদবা মওং—



যেকলিরা মওং অসি কায়দনা মৈগীদমক-শীং মরম তরেৎকা লোয়ননা লোনথৎতুনা শেমগনি। শীং মরম তরেৎতী (১) থৈবোং (২) বোরোই (৩) হৈনৌ (৪) হৈক্রু (৫) হৈবোং (৬ খোংনাং) (৭) উহল অসিগা সৈহিগী শীং খুবোম অমা শাংবা মপাং ' , কুনমাখোই। শেম্লীবা মফমগী চুথেক মরিদা লঘু, চু, রা. মচা অমমম য়ুংগনী. মৈগী কম্বালগী ময়ায় চানা কিজং

মরোল অহুম থনগনী, মচুনা মতম অহুমগী মচু অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবা মচুনী॥ চুথেক মরিদা ইরাৎফুগীদমক মতাং তরেৎকী রা কঞ্জগা য়েংদৌ য়ুংগনি, য়ুংলিবা অদুগী মথক্তা চফু মচাগী মঙকতা মচু তরেৎকী লৈ পরেংনা কোয়না কিবা ঈশিং থম্না হাম্না অমমম খিনগনী। য়ুংলিবা মখোঙ মরিদা লৈরুক, পানা, শেল থাউদৈ মেক্রুক থাগনী, মৈগীদমক লৈপাক্লা শাবা কম্বী অমদা চেং, চংথোকপ লফোই লফাং অমা, হৈ মনম নাইবা অমা, লৈশং মাপোপ অমা চেং, লৈ, তিংথৌ মাপোপ, মেক্রুক। মখোক রাওদবা লৈ থরা। নাহৈ চফু অমদা তাইরেন পোংফাই হাপকনী ঈশিং হৈরগা থমগনী, মথকী পোৎলম পুম্নমক অমতা রাংতনা থেমগৎতুনা থমগনী।

মৈগী থৌরমগী নোংচুপ্তা বোর মনিক, চংবা মনিক বর, কন্যা অনিগী কম্বালগী মম্রেক, ম্রেকনী



মাম মথক্তা ম্রেক্লীবা কম্বালগী মথক্তা (বর, কন্যা) অনিগী কম্নবা কিদা থাগনী।

নুপা, নুপী অনিগী কম্বালগী থৌরম লোইরগা পেনাগী লাইশোল ঈশৈ হৌনবা চোর (মাওবকী) মপুংদা লৈরিবা মী পুম্নমকপু নামু পোংশেম্বনা নাহৈরগা মাওবকী মম্থোংদা কম্বাল থক্তা ওাইম্থোইরিবা থাদৈ নামুংতায়া তাবা লাইনিংথৌগী খুম্নাদা, লাইশোল ঈশৈ হৌনবা পাউতাক লৌরগা, ঈশৈ হৌনবা মিংথৈরোল লাউগনী মিংথৈদি, কুম্বি লৈহৌ ওম্বা মরাম্বা, চাথাবা, হৌ, হৌ, হৌ,

হৌকারো, তেংপানবা মপুগী মিংথৈ শোল্লসি হায়বা খোঙ্খোক্না লোয়ননা পেনাগী লাইশোল ইশৈশু হৌগনি”

বাহন্দোক :— লুহোংবগী ফম্মালগী মরম খরা ইজরি। ঐখোয়না থিবদা ফংবা, ইপা ইপু লাইওইবাশিংনা চৎনরম্বা লুহোংবগী ফম্মালদি ফক অহনবদা ফি অঙৌবা থারগা ফম্নরম্মী হায়রিবা রারোল অসি লৈরম্বগী ঊকবনী।

বোরম্নিক্কা মরান লুহোংবা মফম য়োনা লাকপা :—

পেনাগী লাইশোল ঈশৈ হৌরবদা বোরমনিকসু লুহোংবগী চোয় ( মাণ্ডব ) য়োরক্লবদা, ওকাশিংসু ওকশিলাকপা অনিনা মৈরা ওক্রবা পোৎলম সুনা পুরক্লুনা, বোরমনিক্কা মৈরা ওকপা হৌরে। মৈরা ওকপা অসি থেংগাং অহুমরক ওকনী, ওকপা খুদিং মেত্রুক, লৈ, চায়গনী, কাবোকসু চায়গনী, মৈরা ওকপা লোয়রগা মিংশৈরোল লাওগনী। মিংথৈরোন্দী হৈয়ি মিংথৈরেল, কোনসনা, মিংসেন য়াই, হৈরোম শিনবা, তোংগং মহাবাবনা, য়াইফরে, য়াইফবনা, য়াইফরে, য়াইফরে, য়াইফরে হায়বা লাইশোলগা লোয়ননা বোরমনিক্কা কবোক অফাবা চায়গনী”।

বাহন্দোক :— মৈগী মতিক ময়াইগী মরম খরদং ইজবা মৈ কৌবা পোৎশক অসিদী কোরৌ, মালেমদা লৈরিবা, থরায় পানবা, অচৎপা, চৎতবা পুম্নমকপু থোকহিজৈগী মমাংদা তেংপানবা মপুগী মশাদগী পুথোকতুনা থরায় পানবা পুম্নমক্কী হিংননবগীদমক থরায় পানবা পুম্নমক্কী মশা মশাদা তাইবংগী মিৎনা উদবা মফমদা থম্বিপ্রবা পোৎশক অমনী, মীওইবনা উবা মপানগী

থৌরমদা মৈবু শিজিননখিবা তাংকক্কী কো, হংকোগী অহৌবা তাংকক্কা লাইনিংথৌ শোরারেনগা, মাঙেম অনেম্বদা পোকপী ইমোইম্সু লাক্কাবীগা অনিনা কাওজন্নবা মরান লূহোংবা মতাংদা, মৈ, ঈশিং, সুংশিৎ অহুমক্কী মতিক ময়াইবু য়াংলৌ কৈতেং কাবীনা হাপখিবদগী ওসি কাওবা মথক্কী ময়াই অশুম্না মাঙেম কোয়েৌদা লৈবা থবায় পানবা পুন্নমক হিংহল্লীবনি মরম অসি লৈবনা খোরমনিঙ্গা লাকপদা ফঙবা পুন্নমক মাংনবা মৈরা ওকলিবনী।

## মৈগী থৌরম হৌবা।

খোরমনিঙ্গা চোয় (মাওবতা) য়োরবদা, থবার মিতম্বা, নামু পোংশেম্বা অনিনা মাওবকী অরাং চিংথৈদা মৈগী থৌরমগী শেম-শাক্লনা থেনগৎতুনা থম্লিবা মকমদা চওদুনা থবায় মিতম্বা, নামু পোংশেম্বা অনিনা খুউ লৈতানা তেংপানবা মপুগী মথোঙ ঙাংলৌখাদা থৌরমগী মতেং পাংবিনবা পুনেমজরি। মথংদা থক-খা মায়কৈ মরিদা লৈবা লাই (২৯১) চানি মরিফুতারা মাথোইদা থৌরম্সু ঙাকপিনবা পুনেম্না হায়জরি॥

মৈবু নীংজরি, থবায় মিতম্বা, নামু পোংশেম্বা অনিনা কংলা কম্বাল অরিবা, তুবী মথেক লৈরোং কোংখাবা মমৈ লিতোন লিকংলা, পুন স্না, ইপুথৌ পাখংবদা, কংলা, মাশুং, মাপললগী খাম্বি, মৈজ্রেং, অরাববু পীবিনবা পুনেম্না হায়জরগা নামু পোংশেম্বনা মরান লূহোংবগী মৈগী থৌরমগী মৈ হৌগৎনবা ইমুংগী কংলা

( ইমুংগী ফুঙ্গাদগী মৈ লৌরগা মৈ মকমদা থমলে। মৈগী হৌনবা শীংগী মথক্তা চেং, মেক্রুক, লৈ, তিংথো মপোপ খুত্তা পায়রগা শেমালবা শীংগী মথক্তা ময়েক অহুমবু শোল্লগা

[illegible] —

শীংগী মথক্তা থরায় মিতম্না হাপ্লদা, খঙ-হৌদনা, খাম্বী মৈত্রেং অরাবা মাপলনা ফিজোল স্বনা শেৎতুনা চোংথোক্লে হাংবা লায়শোল লোয়-ননা স্না, লুপা কোন-য়াইবু মৈদা হাপলে॥

মতাং অসিদা [illegible]

ময়েক্কী শক্তম [illegible]

মথংদা ময়াই মঙাগীদমক মৈদা চেং, মেক্রুক, লৈ, তিংথো মঙারক হাপকনী॥

[illegible]

মথংদা থা তরানিথোইগী ময়েক্কী চেং. লৈ, মৈক্রুক্ তিংথো মাপোপ তরানিথোইরক মৈদা হাপকনী॥

মুমিৎ চয়োল তরেৎকী ময়েক্কী শক্তম

[illegible]

মৈদা ময়েক তরেৎকী চেং. লৈ, মেক্রুক তিংথো মপোপ তরেৎলক হাপকনী॥

মায়কৈ ঙাকপা লাই নিপাল নীংজগনি। (১) করি (২) কারা, (৩) নোংদম খুবা, (৪) পিশাতাও (৫) যুহা (৬) উশিংবা, (৭) উরৈবা, (৮) য়ুসেন কৌবা লাই নিপালগী চেং, লৈ, তিংথৌ মেক্রুক, নিপানলক হাপকনী।

মরান লুহোংবদু ঙাকপিগদবা মায়কৈ মরি শুংদায় মাপল পোইরৈ হুম্ফু মাথোইদা লৈবা লাইয়ামগী ময়েকী শক্তম।

[illegible]

ময়েক কুনগী চেং, লৈ, মেক্রুক, তিংথৌ মাপোপ কুনলক হাপকনী।

থৌরমবু ঙাকপিরিবা লাইয়ামগী মফমদা ডসি কৌবা সুমিত্র: মরান লুহোংবগী থৌরমবু লাংজরিবা মী মহাকী যেক সললায়দা পোকপা ভাইবঙগী মমিং হায়জরগা : –

মৈ কৌবা লাইদা চানবিয় হায়না হন্না হন্না পুনেমজরি মৈ মাপলগী মিংথৈবু নীংজবা। (১) মৈতুরেং, (২) ঙাংতুরেং (৩) ঙাংতুঙাং, (৪) সংতুরেং, (৫) জরংঙাং, (৬) ঙাতুহিং, (৭) কেমসুবী, (৮) মৈহিংশং, (৯) সংসুবী কৌবা কংলা মশুং মাপলগী মৈ মাপলদা চেং, লৈ, মেক্রুক, তিংথৌ মপোপ মশীং মাপল হন্না মৈদা হাপলগা পুনেমজগনী॥

ঈশিংবু নীংজগনি, ঈশিংগী মিংথৈ, (১) অপ্রিক, (২) অচিথোক, (৩) অচিরাক, (৪) অঙানলারী, (৫) অচিরি, (৬) অচিবা,

(৭) অচিথোম, (৮) অচিথাক, (৯) অচিথুম, কৌবা ঈশিংগী মিংথৈ মাপলগীদমক মৈদা চেং, লৈ, মেক্রুক, ঙিংথৌ মপোপ মাপল্লক হম্না মৈদা হাপ্লগা পুনেমজগনি ॥

লুংশিংপু নিংজগনি ॥ মিংথৈ :— (১) য়াইবী, (২) য়াইবীরেল, (৩) মালং, (৪) মালংপাল, (৫) য়াইবিরৈমা, (৬) ঙাওরোই (৭) হংকোক, (৮) ঙাংজা; (৯) কোয়ো, (খমজিংকোন) কৌবা লুংশিং মাপলগীদমক মৈদা চেং, লৈ মেক্রুক, ঙিংথৌ মপোপ, মাপল্লক হাপ্লগা পুনেমজগনি ॥

থা, নুমিৎ, লাইগা কোন্নবগী মমিং

ঙসি কৌবা নোংদি, ইরাইনি, থানা মেরা থানি, লাইনা অশিবনি ॥ হয়েং কৌবা নোংদি পাংজনি, থানা হিয়াংগৈ থানি। লাইনা থ্রিং থ্রিং কৌবনি ॥ হয়েং মশিঙ কৌবা নোংদি নোং-মাইজিংনি ; থানা পোইনু থানি, লাইনা নোংপোক অপানবা লাইহাৎপনি ॥ মশেম কৌবা নোংদি নিংথৌকাবনি, থানা ৱাকচিং থানি, লাইনা অশি নিংথৌনি ॥ মাংগৌ কৌবা নোংদি লৈপাকপোকপা লুমিৎনি, থানা ফাইরেন থানি, লাইনা থানা চাউবা (লোকনিংথৌ) কৌবনি মকাপ কৌবা নোংদি য়ুমশা-কৈশানি, থানা লমতা থানি, লাইনা, শোরা নিংথৌ কৌবনি ॥ মশিঙ কৌবা নোংদি শাংগোলশেলনি, থানা শাজিবু থানি ; লাইনা য়ুম মনুংদা কুনবা লাইনিংথৌ স্নামহি কৌবনি ॥ থা, নুমিৎ, লাই, অহমকা কোন্নবা তরেৎকী মৈদা চেং, লৈ, মেক্রুক, ঙিংথৌ মপোপ তরেৎলক হাপ্লগা পুনেমজগনি ॥

লেমহৌরিবা কালেন থা, ইঙা থা, ঈঙেন থা, থবান থা; লাংবল থা মঙাগীদমক মৈদা চেং, লৈ, মেক্রুক, ভিংথৌ মপোপ মঙারক মৈদা হাপ্লগা পুনেমজগনি ॥

বাহন্দোক – লেমহৌরিবা থা মঙা অসিদি, ঐথোয়না থীবদা ফংবা য়ারমদি, থা মঙা অসিগী মমিংদি মহি ওইবা থা কৌয়ে ॥

## মরান হোংবগী থৌরম

থবাম্নিচাক কুনতরেংপু নিংজগনি ; মিংথৈ, (১) শজিক, (২) থাবা, (৩) থায়াই, (৪) থাদোন, (৫) থাম্ব তেনদৈবা, (৬) শিকথা সাফা, (৭) চৌংজরোই, (৮) চুংশোনমুপী, (৯) সুংথৌ মুবী, (১০) মুংথৌ নাগা, (১১) নিংথৌ তুরেল, (১২) নোংথৌ শামু, (১৩) নোংমু অফিসা, (১৪) উপোঙ বাই, (১৫) সঙ্গ য়াংকোক, (১৬) লুবাং শনগোল, (১৭) মোইরাং শনগোল, (১৮) নানবম শগোন, (১৯) বাইতোনকোন, (২০) য়াবং খুরোম, (২১) হাওরৈ মাইয়োংথা, (২২) মঙ্গ মমৌ, (২৩) ওকপুরোই, (২৪) তাওহুইরোয়, (২৫) কোয়ৌ মুবী, (২৬) খোমজোম মুবী, (২৭) তোংজোং মুবী, থবাম্নিচাক কুনতরেংকী, মৈদা চেং, লৈ, মেক্রুক ভিংথৌ মপোপ কুনতরেং হাপ্লগা পুনেমজগনি ॥

# [illegible]

লাইনিংথোগী ময়েকী শকুম, [illegible]

ময়েক অহুমগা কোন্নমা মৈদঃ চেং লৈ, তিংথৌ, মেক্রুক অহুন্নক হাপলগা পুনেমজগনী।

## পাওকৎপা

থরায়মিচাক কুলতরেৎকী থৌরম লোয়রগা, ওকসি লাকপনা বোরমনিক্তা মৈগী থৌরম্, পুনেমনবা পাউতন্নবদা, বোয়মানরা ফম্ফমলাংলগী হোংৎতুনা চোয় ( মাণ্ডবকী ) অরাং চিংথৈদা তৌরিবা মৈগী থৌরম তম্না চৎলরুগা মৈগী থৌরম্, পুনেম্না য়েৎনা কোম্না অমুকুং কোয়রগা, মরান লুহোংবদা ফম্নবা থারিবা, য়েং য়েং য়েং কৌবা ফিদাবু অহুমরুক শোন্নগা পুনেম্নগা লোয়নমা ফমগনি।

মতাং অসিদা চংবা মনিক কৌবী ( সুপীম্ন ) মরান লুহোংবগী চোয় ( মাণ্ডব ) কী মচি য়োরকপদা, পুকনিংদা যম্নোংদা তান-থোইরিবা থাৰৈ নামুং কয়া তাবদা পুনেমগনী, মথংদা শোন্নপুংগী কংলাদা শেম্নীবা হেংপানবা মপুবু পুনেমজগনী। মথংদা লাইশোল ঈশৈ শরুদোরিব মীবু পুনেমগনী। মরান লুহোংবগী লাক্লীবা মী পুম্নমক্তা পুনেমজগনী মথংদা অরাং চিংথৈদা থৌরাংলিবা মৈগী থৌরম তম্না চংবা মনিক্লা চৎকনি। মতাং

অসিদা বোর মণিক কৌবা সুপানা কল্লিবা মফমদগী হৈনা খোংথাং অহুম মৈপী থৌরমলোমদা থাংজিল্লা লেপ্লগা চংবা মনিক ( সুপী ) না লাকপা ঙাইগনী। চংবা মনিক ( সুপীনা ) মৈগী থৌরম তম্লা চংলগা মৈগী থৌরম্সু য়েৎনা কোল্লা অমুক্তং কোয়রগা, বোর মনিক ( সুপানা ) লৈবা মনাক্ত চংলগা, সুপা, সুপী অনিনা পাংসোয় নাইদনা লেপলগা লেপলীবা সুপা, সুপী অনিগী মথুক্তা খুজোক থম্লা লৈ হাপলগা, সুপা, সুপী অনিনা পাংশোয় নাইদনা, মৈদা লৈরাংবু হাপলমদাইদা, থরায় মিতম্বা, নামু পোংসেম্বা অনিনা ময়েকী লাইশোল,

হায়না লাইশোনবদা, বোর-মনিক চংবা-মনিক কৌবা সুপা, সুপী অনিনা মৈ কৌবা লাইবু পেনবিনবা লৈরাং হাপকনী॥

মৈদা লৈরাং হাপলগা, বোর-মনিক, চংবা-মনিক অনিনা থৌনিরোলগী লাইশোল লোইদ্রিবা ফাওবা খুৎ অনি লোয়দুনা লেপ্তুনা মৈ কৌবা লাইগী থুয়াদা পুকনিংগী অপাম্বু নিজগনী।

কোরৌ, মালেমদা লৈরিবা থরায় পানবা পুম্নমকী চানবা; থরুবা মৃরম:—অশীনবা মরম তরেৎ, অথুম্বা মরম তরেৎ, অখাবা মরম তরেৎ, অফকপা মরম তরেৎ, অয়াকপা মরম তরেৎ, অচম্বা মরম তরেৎ, ওইনম্বা মরম তরেৎ, হৈরম তরেৎ; লৈরম



তরেং, পোৎ পুম্নমকসি

ময়াই মঙাগী মমুংদা তেংপানবা মপুনা শেম্নগা পুথোক্লুনা থমবিরিবা পোৎলম পুম্নমকপু মঙাং, লুৱাং, খুমন কোবা মতম অহুম্বা, কোরো মালেমদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমকী মহাও তোঙান তোঙাম্না মহাও হাপ্লগা পোৎ পুম্নমক অসিবু চারগা, পুন্সি মুংশাংনা পানবা, চা'রান তরেৎ তানকংবা, লাইগী মচা মশুনি। শূনুং তরেৎ তানকংবা পোৎলম পুম্নমক অসি চারগা পুন্সি মুংশা'না লৈজখিগে হায়বা লাইশোলগী মরেক থ, প, না ওইবা লাইনিংথৌ ইবুংঙো নহাক্না তাইবঙদা নৌনা খোংদাজরিবা নপারি নমোম অনিবু অচংথোং মাপল হাংদোকপিয়ু, অশিথোং মাপল থোং থিংরিয়ু হায়না লাইনিংথৌগী, নখোং ঙাংলৌ থাদা হম্না হম্না পুনেমজরি।

মতাং অসিদা মৈগী থৌরম লোইবগী মিংথৈরে'ল লাউগনি। মিংথৈরোল,—হৈস্নি মিংথৈরেল কোনসনা, মিংলেন য়াই হৈরোম শিদবা তোংগং মহারাবনা য়াইকরে, য়াইফবনা, য়াইকরে, য়াই-ফরে হায়বা খোনলাউগা লোয়ননা বোর-মনিক্না কক্ষম লাংদা খোংকাপ অহুম হজিম্না কমল্লে। চংবা-মনিকস্থ মায়মোক্লনা কমল্লে। মতাং অসিদা লাইরমলেনগী মরান লুহোংবদি লোইরে।

মরান লুহোংবগী লুংশি লৈপুন।

লাইরমলেনগী চৎনবা নতুবা, মীরমলেনগী চৎনবী নুপা, সুপী অনিনা মৈগী থৌরম লোইরগা মরান লুহোংবগী কক্ষমলাংদা

ফম্লগা, মুংশি লৈপুনগী থৌরম হৌগনী মুপাগী য়েৎ থংবা খুবাকক্তা, মুপীগী য়েৎ থংবা খুবাকক্তা খুবাক অনি লোম্নরগা লংলা মাপম্না ফিল্লগা লেংবা মচু ভরেৎকী লৈ পরেংনা পারি পুরিগী কায়দনা মুপা, মুপী অনিগী লোম্নরিবা খুৎপু পুনগনী॥ মথুৎ পুনবদি, মুপীগী মমা নত্রগা মন্দোম্না পুনগদবনী, মথুৎ পুনবা মতাংদা শোলগদবা লাইশোলদি লৈমুং থোংজারেম্বা, লাইরেল ভোংতেকপা, লাইরেল ভোংশম্বা খুবাকক্তা খুনমগা, খুনমগা খুয়াগা য়ানবজুনা, লৈমুং থোংজিরেম্বী, লাইরেল, ভোংতেকপী, লাইরেল ভোংশম্বী হায়বা লাইশোলগা লোয়ননা, মুংশি থৌরী কৌবা লৈরাং পরেংনা পুনগনি। হায়রিবা থৌরম অসিবু মুংশি লৈপুন কৌয়ে।

বাহন্দোকঃ—মুংশি লৈপুনগী মরম থয়দং ইজবা – ভাইবঙ মীনা ময়ান লুহোংবদা লৈপরেংনা মুপাগী খুৎকা, মুপীগী খুৎকা, অনিবু লোম্নরগা কিবগী মরমদি ঙসি কৌবা নোংদগী ঐখোয় অনি অমওা ওইরে, হায়বা খঙনবা মীয়ামগী মাঙদা য়ানবগী খুদম উৎপনী।

## ময়ান লুহোংবগী কুজবগী থৌরম।

মুংশি লৈপুন লোইরগা কুজবা (মাইয়োক থাবম) গী পোৎলম লৈপাক্লা শাবা কম্বী অমদা চেং ফজবা লকোই লফাং চঙ থোকপা অমা, হৈ মনম নাইবা অমা লাংথৈ মপোপ অহুম, লৈশং মপোপ অমা, লৈ ফজবা থর, ফি অঙৌবা অমা, পোৎলম শুনা হাপ্লগা মীয়মলেনগী কায়দনা মুপা মুপী অনিগী লোম্নরিবা খুৎকী মঞ্জা

কখীবু থম্লগা থরায় মিতম্নগী মছুৎ শিনলিবা মুপীগী মপানা পোৎলম পুম্নবু তাইরেন পুংফাইনা নাহৈগনী ॥

মুপা ময়ুমগী মুপীগা, মুপী ময়ুমগী মুপীগা পুম্না মরান লুহোং-গদৌরিবা মুপা মুপী অনিমক্কীদমক ঈশিংদা ঙা থাবা চৎলম-দাইদা য়ুমগী লাইনিংথৌ লৈমরেলদা তাক্লগা খুরুমদুনা ঙামু কৌবা ঙাবু ঈশিংদা থাদোক্লমদাইদা নামু পোংশেমবনা ঙা থাবগী লাইশোলগনী ॥ লাইশোলদী-থাকপানিংথৌ তেলহৈবা, রাংবা-নিংথৌ পানজুম্বা থোঙাইবা রায়েল চুম্বা, রাংয়েল চুম্বিয়ু. থং পান-লো শ্বা, হায়বা মতাংদা ঈশিংদা ঙাবু থাদোক্লনী, ঙা থাবা লোইরগা হজিনবদা অমুক হন্না লাইনিংথৌ লৈমরেলদা পাও-দম্না খুরুমজগনী ॥

মায়োক থাবম (কুজবা) য়েক সলাই ওন্থোকপগী খোরম তেংপানবা মপুগী খুৎশেম কায়দনা ঙসি য়াইফবা কোরৌ মুমিংকী অচঙব খেন্দা, অদুগুম্বা য়েক্তা পোকপা মচাগা, অদুগুম্বা য়েক্তা পোকপী মচাগা অনিগী য়েক সলাই ওন্থোকপা, মরান লুহোংবগী শরি শকপবু, মুংশিৎ, ঈশিং, মৈ, কোরৌ, মালেম, মুমিৎ, থা থরাময়িচাক, অমম-অঙাল, থক-খাগী লাই, মাইকৈ ঙাকপা লাইনচিংবা মরান লুহোংবদা তিল্লিবা অথং অহৈ তাইবঙ মী পুম্নমক্কী মাঙদা লেঙদবা খুদম ওইনা মুপী ময়ুমগী মীনা তিনলিবা মী ময়ামগী মাঙদা খঙনবা কোঙদোকপনী ॥

মায়োক থাবম (কুজবগী) (খৌনিয়োলগী লাইশোল—নোংপোক নহাতেকপা থালৈ নামুং তয়া তাবা, নোংপোক শায়বা

চৌংগী মতোন্দা ৱায়েনবা, অমম-অতাংলবু খায়বিরিবা পারি লোংথরিবা, শুরি নোংথবিরিবা চয়োল তরেৎ তানফংবা শু,ং তরেৎ তানফংবা, তাইবং য়েনবৌ হুনবিরিবা য়েনবৌগী খূর্জিবু পায়রিবা, মিরেল তোংবা, লাবনা থোজান লৈ। শিংঙেল, লৈরাং লৈপুনবু শেম্লগা সিদবা সিদবৌ অনিগী মখোং খাদা, কংন-লৈ, ইয়াম্বা তরেৎনা চিম্ব-লৈ, মুঙ্গা তরেৎনা লোল-খঙন-লৈ; লৈরাং পোমনাই শাৎনাই পূদিল-লৈ, কোরৌ মৈদা ক্ষমগ্রবা লৈ, ৱাংবল মৈদা শক্রবা লৈ, শিংঙেল, লৈরাং লৈপুনবু শেম্মৌরিবা লাইনিংথৌনা, নপারৌ নমোম অনিবু থোঙাপগী মিৎয়েং শাংথৈনা পুন্সি চেংজেল লোম্মা, তেক্ত কায়দন াতুরৈ ইরৈ চন্দনা পানজবা লাইনিংথৌনা পীনবিয়ু হন্না হন্না পুনেমজরৌ।

মায়য়োক থাবম (কুজবা) কুজবদা শেলগী মতেং পাংবগী অহানবা শেল থাদবদি, লুহোংলিবা মুপীগী মপা-মতোম্না কান্না হাপলগা মথংদদি হাপনিংবা মীগী মথৈ হাপ্পদা য়াদবা লৈতে। কুজবগী মথক্তা তরেৎকী শেঙ্গা হাপলিবা অসিদি তাইবঙ মীগী লোন্দা মুপী ময়ুম্না, মুপাগী ময়ুমদা শেলগী মতেং পাংবা কৌয়ে!

**বাহন্দোক :**—মায়য়োক থাবম (কুজবগী) মরমদা খরা ইজরৌ। মায়য়োক থাবম (কুজবা কৌবগী) মথক্তা শেল হাপ্পা লোইরগা বোর মনিক মুপাগী মমাদা, মায়য়োক থাবম (কুজবগী) পোংলম পুম্নমকপু, বোর মনিকপু শেম্নরিবা মীনা পুরগা বোর মনিকী

মমাগী মখুৎতা পীৰিবা অসিদি ইপুং লোন্দা য়াম্না লুৰবা ৱাৱা হৈবনা পীৰিবনি বোর মনিকী মমানা মায়য়োক থাবম পোৎ অসি লৌবা মতাংদা নিংগদবা পূক্নিং, থোকদবা খোঙ্হোক্তি, ঐনা ঙসি য়াইফবা হুমিৎতা মরান লুহোংবগী খোৰম অসিবু তেংপানবা মপুগী থৌঙালগা লোয়নবা মাইকৈ মরি শুংদায় য়াপল, থক থাদা হৈবা লাই শুনা তিন্নবা, তাইবঙগী অখণ্ড অহৈংগা লোয়নবা ৱাশক ৱাংতমনদুনা ইচা, ইমৌ অনিগী চারোল শুরোল তানবা মাইয়োক থাবম ওইরিবা পোৎয়োম্বু তেংপানবা মপুগী খুৎশেম কায়দনা পুন্সি মতোল লোম্না তেক্ত কায়দনা পান্নবা চেৎনা চান্না লাংগোলজগনি হায়না ইথাদা পন্না লৌজ রবনি। মণকী ৱারম থরা অসিবু মযুৎ তান্না খণ্ডবিগে নীংবা অখণ্ড-অহৈংশিংনা অকল নাক্তা চঙলগা খণ্ডবিগনি।

মাইয়োক থাবম ( কুজবা ) পুনববু থোক্লগা, মপীনা কয়ম্বদগী হৌগৎলগা চৎনা পথাপ খঙবা সুপীনা চিংলগা বোর মনিকপু য়েৎনা কোর অমত্তং কোয়রগা চংবা মনিক্ক, বোর মনিকপু পুনেম্নগা লাইরম লেনগী কাওজনবা ( মরান লুহোংবগী ) খোরম লোইরে।

মীরম্লেনগী খোরম :- তাইবঙ মীনা কাওজম্নবা ( মরান লুহোংবগী ) চৎনরিবা মরোংদি, চংবা মনিক (সুপীনা পারি-পুরিগী চৎনবা পারিজাৎ কোবা মচু তরেংকী হৈ, হৈখোক য়াওদবা হৈনা, বোর মনিকপু, চংবা মণিক্না য়েৎনা কোম্না কোয়বা হেক থুংবদা শিল-লাঙলিবা মীনা চংবা মনিকী মখুত্তা, খুজোক থম্না হাপলগা বোর মণিকী খোয়দোমদা হৈ হাম্না। হৈহাম্না মপীং শুরগা চংবা

মনিক্কী মথুক্তা তৎনা থানবা য়াদ্রবা অঙোবা লৈরাংনা লেংবা পরেং অনিনা বোর মনিক্কী মঙকশমদা হুক্রগা বোর মনিকপু পুনেম্লগা, সুপানা ফম্লিবা য়েং-য়েং-য়েং কৌবা ফিদাবু অহুমরক শোক্লগা, চংবা মনিক্লা বোর মনিক্কী ওই থংবদা ফমগান। অহুমগী চংবা মনিক (সুপীনা) সুপাদা লৈরাং পরেং হুক্রমদায়দা মথুক্তা লৈরাং পরেং পায়রগা পুক্লিংদা নিংগদবদি, সুপী ওইবী ঐথোরগীদি ঐনা থোগদ ফংজ্রদারিবা সুপাদগী হেনবা লাই অতৈ লৈতবা মরম্না ঐনা পায়রিবা লৈরাং পরেং অনিনা সুপী ওইবী ঐগী থরাই ওইনা ইদুঙো নহাক্কী ঙকশমদা হুকচরবনী থম্লগা লৈরাং হুকদবনি।

## মরান লুহোংবগী লৈ হুকপা থৌরম

ফম্লবদা, বোর মনিক্লা মহাক্কী ঙকশমদগী অঙোবা লৈরাং পরেং অমা লৌথোক্লগা, চংবা মণিক্কী মঙকশমদা হুকনী। ভৌরিবা মরোং অসিনা মীরম লেনগী থৌরম কায়দনা বোর মণিক্লা, চংবা মণিক সুপীদা লৈরাং পরেং হুকপা মতাংদা ঐনা ইবেম্মা নংঙোন্দা হুকদোরিবা লৈরাং পরেং অসিদি নহাক, ঐহাক অসি অমতনি থনগদবনি লৈ হুকপা লোইরগা, বোর মনিক্লা মহাক্লা অহানবা ফমলম্বা ফম্ফময়াংদা হজিম্মা ফমগনী। চংবা মনিকসু লৈ হুকপা লোইরগা ইমুং চংদনা অতোপ্পা মকম অমদা ঙহাক পুক্নোয় ফম্লগা বোর মণিক্কী য়ুমদা (সুপাগী য়ুমদা চৎকনী)। মতাং অসিদা, পেনাগী লাইশোল ঈশৈসু [illegible] মযেক অহুম্বু শোম্লগা লোইশিল্লে।

পেনাগী লাইশোল ঈশৈ লোইবগা লোয়ননা, বোর মনিকম্ভ ময়ুমদ, হল্লকপদা, মহাক্কী কোম্ভোংদা তৌরিব স্না, সোঙ্ক, মোরাম্বগী মকমদা হল্লকপগী পাউদমলগা ইমুংদা চঙলগা ইমা লৈমরেল চিদবীদা পাউতম্না পুনেমলগা লাইনিংথৌগী কাদা চঙলগা পাউদম্না পুনেম্কপনি ॥

হাকন্দোক :—লৈরাং পরেং হুকপগী অপম্বা খবা ইজবা। মনান নুহোংবগী নুপা নুপী অনিগী ওকশনদা হুকলিবা লৈরাং পরেং অমিদি, অঙৌবা লৈনা লেংবা নকুনা মচু অতেংপ্পনা লেংবা লৈরাং পরেংনা হুকপা য়াদে। য়াদবগী মরমদি ইমুংলোল ওইবনা কায়দোকপা য়াদবনী। হায়দোকপা য়াদবগী মরম খংবিগে আনবা অহঙ অহৈনা অহল নক্কা চংলগা অচুম্বা অশেংবা খঙবা ওমগনি নিংঙ্কে।

## নুপা নুপী অনিনা থৌরম লোইরগা হন্নরকপা

চংবা মনিক (নুপীমু) মহাক্কী মপা, মমা, মচেম মনেম, মকপ মপীচা পুম্নমক্কা থাদোক্লবগী পাওমেন, পুকমেন্নবা, লেংইরগা মহাক্কী চান্নবা মারূপ মপীচা খরগা অউন পোংকা লোয়ননা বোর মনিক্কী য়ুম য়ৌনবা লাকপা মতাংদা মাগী কোম্ভোংদা তৌরিবা স্না সোঙ্কু মোরাম্ববু পুনেমজরগা য়েৎনা কোন্না লাকপনা বোর মনিক্কী কোম্ভোংগী থৌরমবু পুনেম্লগা, ওকসিন্ন, ওকসি লাকপনা, চংবা মনিকপু (নুপীবু) মৈরা ওক্লগা কবোক চাইনা চংলকপা শুমাং মথোপুংগী চিংথৈ পাংবা চুথেক য়ৌবদা, বোর মনিবী মমাগা অতোপ্পা অমগা নুপী অনিনা ওইকোন,

য়েৎকোম্না পুশিল্লক্লগা ইমা লৈমরেন্দা হাম্না পাওদম্না পুনেমলগা লাইনিংথৌদা পাওদম্না পুনেমক্তরগা, চংবামনিক্না হিপকদবা মফমদা চংগনি।

মন্নান লুহোংলিবা মুপীনা, মুপাগী ময়ুমদা চংলগা লুহোংলিবা মুপীনা মহাক্কী হিপকদবা মফমদা পোথাড়ুনা লৈরবা মতাংদা, মুপীগী মপা, মপল, মথুরা, মরুংনচিংবা পুম্নমকনা মরান লুহোং-লিবা মুপীদা য়াইফ ব্রাইনা, ওদি কৌবা য়াইফবা কোন্নৌনোংদ তেংপানব মপুগী শুংশেম কায়দনা, মরান লুহোংড়ুনা তাইবঙ মাওইবগী পি, পা ওইরবনিনা তারা চাকতিম্নড়ুনা পুন্সি খোয়রেল য়ৌনা পানবা ওইয়ু হায়না য়াইফা পাওজেল পীগনি।

## তাইবঙমীনা অহানবা তাইবঙ থাদোকপগী থৌরম

তাইবঙমীনা পুন্সি চেংজেল লোম্নবা মতাংদা অনাবা হায়বা মশক ওইড়ুনা ফমাংদা অনা লাইকম্নবগী ফম থাড়ুনা হিপ্লিবা মফম অসিগী মমিংবু ইম্নংলোন্দা খোংখাং লাইরৈপাক কৌই। খোংখাংদা, হিপ্লীবা অনাববু অমাইবনা য়েংলগা মপান্দা থোক্লসি হায়রবদা, মপান্দা থোকলকপগী লমদাংদি, ইমুংগী কংলা কৌবা ফুঙ্গা লায়রুবু ওইনা কোন্না, শিরিবা মীগী খোংনা মাংথারগা থোরকপনা খোঙারেন, থোঙাইবা লানথোক্লগা মাংশোক্কী উংখোং অনিগী মরক্তা পুরগা ইচুম তাকম কৌবা লমদম লাইরমলেন্দা। খোংলম তরেৎ, ইরম তরেৎপু লাম্ন-থৌরম তৌরগা, মীরম-লেন খাইনরগা, লাইরমলেন্দা চংলগা শুমাংগী শোম্নপুংবু ওইনা

কোম্ন চৎলগা লানশোন্নী কৌবা লাই শুনা নৈবা মফম, মীরমলেন শুনা ভিনবা মফমদা, উমং শাম্নগা উমংগী মপুংদা অকাম্ন-অতোম্ন য়াওদবা চংবি লারাক অমা থাড়ুনা থম্লিবা মফমদা তাইবঙগী অশিবা হকচাংগী খোঙনা মাং পানা উমংগী মপুংদা থারিবা চংবি লারাক মথক্তা নৌমনলবা হকচাংবু কোক্লা মখা লেম্না থমগনি। লানশোন্নীগী লময়াই পন্থৌ পলেম্ন ঙাইনফম, পারি মম্নোম কৌনফম, শাবী শানৌ ঙাইনফমদা তাইবঙগী নোংমলবা হকচাংনা পোথারিবৈঙেদা পেনানা লাইশোল ঈশৈ শকনি শিরবা মীগী হকচাংগা চেন্নগদবা পোৎলম কায়রেন কায়জাও শারগা কৈজুপ মরোল অহুম, মাইথা মরোল অহুম, শংবৈরেনা লানবা মোন অমা, মাইখুমফি অমা, খোয়দৌ শেল, লুখুম শেল, খুয়া শেল থাপকনি। থাও শারগা নৈ, চেং, মনা-মশিং, হৈরুক পানা, ফিংথৌ মপোপ, খোয়রু থাওমৈ, মেক্রুক থাগনি।

ফৌ-নাচন তরেৎনা পোকপা কবোক থরা, লং অহিংবা থরা মৈকোই চফু অমা, চোংলেন ঈজমগী, উচিরা মরি, শিংথলগী মখোঙ য়ুংনবা তরুক, চোংলেন থন্নবা ফি অঙৌবা অমা, মৈ থানবা শীং, য়াংকোক অমা, পদ্মলৈগী পেম্না থরা মেক্রুক থানবা কন্থী মচা অমা লাওগনি।

## মৈ থাক্নমগী থৌরমগী মওং

লময়াই কাইদা মৈগী থৌরমগীদমক মতা মান্নবা লমদা ফজনা শেংদোক্লগা মায়কৈ মরিদা চোংলেম ঈজমগা কোম্নবা, উচিরা

মরি য়ুংগনি, য়ুংলিবা রা মরি অসিদি মাইকৈ ঙাকপা লাই মরিগী মচুং শিন্না য়ুংলিবনি। ফিচংগী ময়াই চানা মায়কৈ অমদা মখোঙ অতম, মায়কৈ অমদা মখোঙ অতম. মখোঙ তরুক য়ুংগনি, য়ুং-লিবা মখোঙ তরুক্কী মচুংদা লৈপাক্কা থানা শিংখল তরেৎ শেমগনি, য়ুংলিবা মখোঙ তরুক অসিদি অচম্বা নত্তে কোরৌ, মাসেম পুরিবা পোৎলম তরুক ওইবনি। তরুক্কী মমিংদি, (১) অতেনবা (২) অশাংবা, (৩) অরাংবা, (৪) অনেম্বা, (৫) অকুপ্পা, (৬) অপোবা তরুক অসিনা উয়ুংনি, শিংখল তরেৎ অসিস্থ মিৎনা য়েংবদা অকংবা উনি, মতিক ময়াইদি হায়নিংঙাই লৈতনা রাংপ্রবনি।

থরায় পানবা, অচৎপা, চৎতবা পূম্নমকপু য়োকলিবা পোকপা, শিবা পুরিবা লাই তরেৎনা শিংখল ওইরিবনি। পোৎশক্তি কুমিৎ চয়োল তরেৎ, কৈরাই থাংজ, নোংমাইজিং, নিং-থৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেন কুমিৎ তরেৎ অসিনা তাইবঙ মী শিবগী মৈ থাবগী মথৌ মশিন পুরিবনি।

## ময়াই কাংদা পুবা থৌরম

তাইবঙ মীগী লাইশোনবুং, লাইগুনা লৈবা মীরমশেন শুনা তিনবা মফম, লানশোম্বীগী লময়াইদা পোথারিবা লৈরাং অমনবা. শিরবা হকচাংবু কাইরেন কায়জাও থক্কা হাপ্পগা উমংনা মাং থারগা পেনানা লাইশোল ঈশৈ শক্কুনা লম্বী লমদাং কায়দনা লংলা তিংনা কবোক চাইনা কায়রেন কাইজাও থক্কা য়াইবিরেন লেঙদবা

য়াংদৌ থেকপা, য়াংদৌ ঙস্বা চাককোক হকচাং পুবগী য়াংদৌ লম-থাবগী ময়েক্কী শক্তম [illegible] ময়েক তরুক অসিনা লমথাবসিদি সুংগী য়াদে।

মপানগী লোন্দি মৈ থাফম য়োবা হায়বনি। মী শিরগা কবোক চাইবগী মরমদি, মী শিরিবা ইমুংদা তিনমু লাইমু ফত্তবা শারোই-ঙারোই লৈরম্বা পুম্নমকপু তানখোক্লবগীদমক ইমুংদগী চাইবা হৌরগা ইংখোল পুম্নমক চাইখোক্লগা মৈ থাবা মফম য়োলা চাইবনি।

## মৈ থাবগী থোরম হৌবা

তাইবঙগী নৌমল্লবা হকচাংবু নবুখোগী তুথেক লৈরোং কায়দনা শেম্লবা শিংখল তরেংকী মথক্তা তাইবঙগী হকচাং লৈরাং অমনববু কাইরেন কায়জাওগা লোয়ননা শিংখল তরেংকী মথক্তা ঐ কৌবা লাইনিংথৌ থাবনা লৈবা মায়কৈদা তাইবঙগী অশিবা হকচাংগী কোক্লা মথা পাংবা, মমায়না নোংপোক ওন্না, খোঙনা অরাংদা থল্লগা, লাইরময়েনগী থোরম কায়দনা শিংখলগী মথক্তা থল্লগা ইমুংগী কংলা ফুংগাদগী পুরকপা, মৈদগী মৈথাং লৌরগা নবুখৌ কংলা ফম্বাল অরিবা তুথি মথেক লৈরাং কোংথাবা মমৈ লিতোন লিকংলা, পুলস্না কৌবা, পাথংবগী কংলা মশুং মাপলগী, মৈ, থাম্বী, মৈত্রেং অরাবা. মৈতুরেং ঙাংজুরেং, ঙাংজুঙাং শমতুরেং, তরাংঙা, ঙাংতুহিং, কেমনুবী মৈহিংশং, সংমুবী,

কৌবা খাম্বী মৈত্রেং অরাববু পীনবীয়ু হায়জবগী লাইশোল্লগা ইমুংগী কংলাদগী মৈথাং লৌরবা মনা নবুধোগী তুথেক লৈরোং কায়দনা শেম্লবা শিংখলগী মথক্তা কাইরেল কাইজাওগা লোয়ননা থম্লবা তাইবঙগী হকচাংবু থরাই থক্তা লৈ হাপ্পা লৈরোং লাইদা কংপদা পুক্লিংদা চিংনবা লৈতনা নবুধো, কংলা মশুং মাপলগী মৈ মাপলদা লান্থোক্লগা শিরিবা মীচুগী খ্বাইদগী নক্লবা মী অমনা, ঈশিং থম্না হাপ্পা চফু অমা লেংবান্দা থোংনা খুত্তা মৈহুম পাম্লগা মহাক্না মাং থানা মৈ কোম্লগনি। মৈ কোয়বা মশীং শুরগা শীংখল তরেৎকী মারশুবা শীংখলদা মৈ চুরগা মৈ থাগনি।

মী শিবগী মৈ কোয়বদি লাইরমলেনগী চৎনা পথাপতি অমুক্তা কোয়গনি, মৈ থাবা লোইবগা কোরৌ, মালেম অনিবু তাইগনি, লৈতাই নোংদাইবগী লাইশোন্দি, মালেম লৈস্না অভাংবনা মালেম লৈবু তাইরবনি, কোরৌ নোংলুম অপানবনা, কোরৌ নোংথৌবু তাইরবনি। মংকমবু বাই ফজনা তৈরগা থমগনি। হাশরবগীদমক, সুমিৎ চয়োল তরেৎকী লৈম্মি তরেৎ চিংথোক্লগা মিংথৈরোল লাউগনি।

## নুমিৎ তরুক্লিগী থৌরম

তাইবঙ মী ওইবনা শিবগী থৌরমদি, মী পোকপগী থাশীং লৌরগা থা ১২ নিদা. তাইবঙ মী পোকপা অসিনা মরম ওইদুনা থা ১২বু নুমিৎ ১২ নিদা লৌরগা নুমিৎ তরুক্লিদা শিবগী লৈরাং লৈহুনগী থৌরম তৌরিবনি। নুমিৎ ১২ নিদা লান্ন থৌরম তৌরিবা অসিগী মরমদি মী পোকপা শিবা হায়রিবা অনি অসি

তংনশা, থানবা য়ুম্‌দ্রংশা, মরী লৈবনি। মী পোক্লিবা অসি শিনবগী পোকপনি শিরিবা অসি পোক্নবগীদমক শিরিবনি। মরম অসিবু খঙবা মুং-পালগী মরম শুনা খঙবা ইপা ইপু লাই ওইবা, লাইমিশিংনা গুমিৎ তরানিথোইদা লান্ন-থৌরম তৌবিবসি মীগী য়াইফনবনি।

লৈরাং লৈহুন তম্বগী অহানবা থৌরমদি শোননবুং কংলাদা তেংপানবা মপুগী ফম্বাল শেমগনি। ফম্বালগী মওংদি য়াই তৈথোক্লবা লৈপাক্কী মথক্তা অকায় অতোয় লৈতবা লা থারগা লাগী মথক্তা অহনবা অঙোবা কি অমা থাগনি। কিগী মথক্তা লাইনিং খুদা নিপাল য়েক্লগা থমগনি খুদাগী মথক্তা থরায় য়াইবীরেন শিদবগা তোঙান্দ্রবা লাইরিক থমগনি লাইরিক্কী মাঙদা ফজবা লৈ অঙাঙবা মশীং তরেৎ, লাংথৈ মপোপ অহুম থমগনি, ফম্বালগী মাঙদা হৈরুক, পানা, তরেৎকী শেঙ্গা থমগনি, খোইরু থাউমৈ থানগনি, মেক্রুক থাগনি, মথংদা তেংপানবা মপুগী খুয়া খাদা শিগ্রিবা মী অদুগী য়াইফনবগীদমক লৈরাং লৈহুল তম্বগা লোয়ননা পুনেমজগনি।

ফম্বালগী থৌরম লোইরগা, মংলেনগী থৌরমগীদমক মংলেন্দা মচু নিপাল্লা অমত্তা ওইবা ফিরাল অমা য়ূংগনি। লৈ মচু ৭ না লেংবা পরেং নিপান য়ানগনি হৈরুক নিপান, পানা নিপান, শেল নিপান, থাউমৈ নিপান, চাক চালুক অমা থল্লগা, মেক্রুক থাগনি, মংলেনগী থৌরম হৌবদা পেনাগী লাইশোল ঈশৈ শকসি।

মংলেন্দা শিগ্রিবা মীগী মপা, মমা, মতোন, মচিন-মনাও মচে মচন, মরুপ, মপিজা, ঈগী মরি পুম্বনা মংলেন্দা শিগ্রিবা মীগী

থরায় য়াইবিরেন শিদবগী য়াইফনবা কোকথোংদা ঈশিং হৈগনি লাইশোলদি  ময়াই মঙাবু শোন-বদা লাইজ ঈশিং মঙারক হৈগনি, লৈরাং লৈছল তম্বদা ময়েক অহুম্বু শোনগনি ।

## মংলেনগী থৌরম

মংলেন্দা থারিবা হৈরুক, পানা, লৈ পরেং, শেল, থাউমৈ নিপান, লিপান থারবাস দ মাথকৈ মরি শুংদায় মাপলবু পুরিবা লাইগী শরুক তম্লগা তরেৎকী শেঙানা রাথৈ শেল ওইবগী খুদম পীবনি। মংলেন্দা চাক চাকলুক অমা থারিবগী মরমদি, মংলেনবু শঙালব লাই নিংঙম্বা, লিংঙমদবী, অনিগী তাইবঙগী তরা চাক্লা শরুক তম্বনি। মং শংবা নখোয় অনিগী শরুক তমলবনিনা ঙসিদগী হৌনা মী শিখ্রিবা ইমুং অসিগী অশি-থোঙ মাপলবু থিংজিনবীরো হায়বগী তরা চাক্লা বারেপ্পরবনি। মতাং অসিদা মংলেন্দা শক্লিবা পেনাগী লাইশোল ঈশৈসু লোইশিল্লে।

রাহন্দোকঃ— মংলেনগী থৌরম লোইশিনবা মতাংদা তেং-পানবা মপুগী মিংথৈরোল লাউগনি। মিংথৈরোল লাউবা লোই-রগা মী খুদিংমক্না ঈশৈ শক্তনা তুমিন্না, শোম্নবুং কংলা য়ৌনবা লাকনি। হায়রিবা অসিনা লাইরমলেনগী থৌরমদি মতাংসিদা লোইরে। মীরমলেনগীনা মংলেন্দগী ঈশৈ শক্তনা লাক্লগা শোম্নবুং

কংলাদা কমলিবা মীগী পেন্নবা লাইশোল ঈশৈ শল্লগা হৈ, লৈ য়েন্দুনা চামিন্নবা অসিনা চৎনবীনি।

## মী শিবগী লান্ন-থৌরম

মী শিবগী লান্ন-থৌরমদি শিবগী সুমিত্তা চাক চাকলুক অমা শোন্নপুং কংলাদা থরায় য়াইবিরেল শিদবগী পেন্নবা থৌরম্না, লান্ন-থৌরমগী মথৌ লোইরে। শিবা সুমিত্তা ঙমদ্রগা সুমিৎ হুম্নি শুবদা তৌগনি। সুমিৎ হুম্নিদা ঙমদ্রগা সুমিৎ ১২ নিদা লান্ন-থৌরম তৌগনি।

বাহন্দোক :— লান্ন থৌরমগী মরমদা শমলপ্পা মরোল, ত্তাইবঙ মী শিবগী থৌরমদি শিবা সুমিত্তা তৌগনি হায়বগী মরমদি থরায় পানবা পুন্নমক নোংমদা পোকপনি, নোংমদা শিবনি, পোকপা শিবা হায়রিবা অসি সুমিৎ নিনি চঙদে, মরম অসিনা ঙম্নবদি শিবা সুমিত্তা থৌরম লোইবনা লেঙদবা অচুম্বনি।

বাহন্দোক :—মী শিবগী লান্ন-থৌরম সুমিৎ হুম্নিদা তৌবগী মরমদি, থরায় পানবা পুন্নমক অসি অহুমদগী হৌরকপনি। মৈ, ঈশিং, সুংশিৎ ; ঙসি, হয়েং, হংজিৎ ; ঐহাক, মহাক, নহাক; কোরৌ, মালেম, অহাঙবা, মঙাং, লুরাং, থুমন হায়রিবা মতম অহুম অসিগী মন্নুংদা পোকপা, শিবা মরম লৈবনা সুমিৎ হুম্নিদা লান্ন-থৌরম তৌবনি।

বাহন্দোক :— সুমিৎ তরানিথোইনিদা লান্ন-থৌরম তৌবগী মরমদি, মী ওইবসি মপা মমা অনিনা নাওপুবা থা তরানিথোই

শংদা তাইবঙ ফাওই, মী পোকপগী পুম্মিং মশাং লৌবগা থানা পুম্মিং মশাংদা ওন্থোক্লগা লাম্‌-থে রম তৌবা অসি লানবা চুম্মগী মরমদি ঐথোয়না থিবদা ফংবা ইজবনি। অদোম নাক্তা চঙলগা অমুক হেন্না অচুম্বা খঙবা ঙমগনি।

## লান্ন-থৌরমগী মৈগী থোরমদি মরান লুহোংবগী মৈগী থোরমগা অয়াম্বা মান্নে।

লান্ন-থৌরমদা তৌরিবা মৈগী থোরমদি মরান লুহোংবগা পোংচঙ মান্নদে। য়াওরোহনবা থা, পুম্মিং, লাইগী কোন্নবা অসিমা, থরায় মিচাক কুনতরেংকী মিংথৈগা অসি য়াওরোহনবনি। মরান-লুহোংবদা তৌরিবা থোরম পুম্মকী মপুংদা তাইবঙ মী শিবগী মৈগী থোরমদা য়াওদবা য়াদবা মরমদি মরান-লুহোংবগী মৈগী থোরমদি অহিংবগী থোরমনি, মী শিবগী থোরম্না অশিবগী থোরম ওইবা মরম্না য়াওরোই হায়বনি। মরমদদি অদোম নাক্তা চঙলগা খঙগনি।

## কোম্থোংগী থোরম।

লান্ন-থৌরম মুমিত্তা লৈরিবা ইংখোল অদুগী কোন্থোং ময়াইদা য়াই তৈথোক্লগা লফু, চু, য়ুংগনি, য়ুংলিব অদুগী মনাক্তা লা ফজবা অম। ফিদা ওইনা থমগনি। ফিদাগী মাঙদা, ঈরাংফু অমা ফৌগী মথক্তা থিনগনি, ঈরাংফুগী মঙকশমদা, মচু তরেংনা লেংবা লৈ পরেং অমা অহুমলক কোয়না কিশিনগনি ঈরাং-ফুদা ঈশিং হৈরগা, চেং, লৈ, থিংথৌ হাপকনি, ঈরাংফুগী

মাঙদা হৈরুক, পানা, শেল অমা, খোইরু খাউমৈ থানগনি। মেক্রুক থাগান।

নাহৈ চফু মচা অমা ঈশিং হাপলগা, ভাইয়েন, পোংফাই হংপুনা থমগনি। লাম-থোৱমদা লাকপা মী পুম্নমক নাহৈগনি। কোম্হোংদা তৌরিবা খোৱম অসিদি অচথা নত্তে। স্না সোং মোরাম্বগী খোৱমনি।

## শম্হোংগী খোৱম।

চোয় ( মাগুবকী ) ষম্হোংগী চুখেক্তা শিগ্রবা মী অগ্গী থরায় য়াইবিরেল অখোইবা, য়াংদৌ থেকপা, য়াংদৌ ঙম্বা, চাকোক হক চাং শায়বগী কম্বাল অমা শেমগনি। কম্বালগা পোৎলমদি ফিজং অঙৌবা অমা থনগনি, ফিজংগী ময়ায় চানা রাহ ভৈরবা লৈপাক মথক্তা কজবা লা অমা থারগা লাগী মথক্তা শিরিবা মী অদুগী য়েক্কী মচুগী কি অমা থাগনি, ফিগী মথক্তা কজবা লৈ মচু তরেৎ পারি-পুরিগী কায়দবা পারিজাৎ কোবা লৈরাং থমগনি, লাংথৈ মপোপ অহুম থমগনি, কম্বালগী মাঙদা হৈরুক, পানা, শেল, খোয়ক খাংমৈ থানগনি, মেক্রুক থাগান।

লাঙদবা য়াদবা পোৎলম সুমিৎ চয়োল তরেৎকী, সুমিৎকী অহল ইরাই সুমিৎতগী মশীং লৌরগা শিগ্রবা মী মহাক্কী পোকপগী সুমিৎ কাওবগী পোৎ লাঙলগা থমগনি। ইপা ইপু লাই ওইবশিংনা চৎনরম্বা কায়দনা, ইরাই পোকপা মীগীনা হৈরুক অমা, পানা অমা, লৈ অমা, শেল অমা, খাংমৈ অমা। খাংজ পোকপা

মীগীনা হৈরুক অনি, পানা অনি, লৈ অনি, শেল অনি। নোং-মাইজিং সুমিৎতা পোকপা মীনা হৈরুক অহুম, পানা অহুম, লৈ অহুম, শেল অহুম. থাংমৈ অহুম। নিংথৌকাবা সুমিত্তা পোকপা মীগীনা হৈরুক মরি, পানা মরি. লৈ মরি, শেল মরি, থাংমৈ মরি। লৈপাকপোকপা সুমিৎতা পোকপা মীগীনা হৈরুক মঙা, পানা মঙা, লৈ মঙা, শেল মঙা, থাংমৈ মঙা। য়ুমশকৈশ সুমিৎতা পোকপা মীগীনা হৈরুক তরুক, পানা তরুক, লৈ তরুক, শেল তরুক, থাংমৈ তরুক। শগোলশেল সুমিৎতা পোকপা মীগীনা হৈরুক তরেৎ, পানা তরেৎ, লৈ তরেৎ, শেল তরেৎ, থাংমৈ তরেৎ লাঙলগা যম্থোংগী চুথেক্কী লাঙলিবা মকমদা থমগনি।

লাঙলিবা পোৎলম পুন্নমক নমু পোংশেম্বনা নাহৈরগা থরায় য়াইবিরেল অথোইবদা হৈরাং লৈরাংজগান। থৌরম সুমিৎ অসিদা চোয় ( মাগুবকী ) মসুংদা তৌগদৌরিবা থৌরম পুন্নমক থরায় য়াইবিরেন অথোইবদা পাওতাক্লগা তৌগদবনি।

বাহন্দোক অশম্বা থরা :— লায়-থৌরম সুমিত্তা চোয় (মাগুবকী) থৌরমগী মপু যম্থোংদা ঙানথোইগদবা লাইগী মিংথৈদি থরায় য়াইবিরেন শিদবনি। হায়রিবা থরায় য়াইবীরেল শিদবা মহাক্না থৌরমগী মপু ওইনা মাগুবকী যম্থোংদা ঙা·থোইগনি। মরমদি ঙসি তৌরিবা থৌরমসি শিত্রবা মী মহাকী থরায় য়াইবি-রেন শিদববু পেন্ননবা তৌরিবা থৌরমনি। থরায় য়াইবিরেন শিদবা মহাকসিদি থরায়বু পীনরিবা মহাক অসিগা মশা অমগুনি।

মরম অসিনা ঐখোয়না থিবদা ফংবা থরা তৌজবা অগী অচুম অরানদি অখণ্ড অকৈশিংনা খণ্ডবিগনি।

## তেংপাল মপুগী ফম্বালগী থৌরম।

শুমাং মখোপুংগী লাইশোলপুং কংলাদা তেংপানবা মপুগী ফম্বাল অমা শেমগনি। য়াই তৈথোক্লবা লৈপাক্কী মথক্তা অকায় অভোয় লৈতবা ফজবা লা অমা থাগনি লাগী মথক্তা অহনবা অঙোবা ফি অমা থাগনা, ফিগী মথক্তা লাইনিং খুদা নিপানগী মওং য়েক্লগা থমগনি। লাইনিং খুদাগী মথক্তা তেংপানবা মপু থরায় য়াইবিরেল শিদবগা তেংঙান্দ্রবা খুবাক খুনমলোল কৌবা লাইরিক থমগনি।

শেমলিবা ফম্বালগী মথক্তা অঙাঙবা, অঙোবা, অমুবা, মরোল অহুমগী ফিজং থনগনি। ফম্বালগী মাঙদা লফুরিক অঙাঙবগী লৈ মশীং তরেৎ, লাংথৈ মপোপ অহুম থমগনি। কৈরুক পানা, শেল অমা, খোইরু থাউটৈম থানগনি, মেকুক থাগনি। তেংপানবা মপুবু নিংজরগা মী খুদিংনা শিথ্রিবা মী অদুগী থরায় য়াইবিরেল শিদবগা, তেংপানবা মপুগা লাপনদনবা, তেংপানবা মপুগী মখোঙ ঙাংলোখাদা লৈরাং লৈহুন ভম্না পুনেমজগনি।

## লান্ন-থৌরম।

ভাইবঙ মী শিবগী, লান্ন-থৌরমগী মফমদি শুমাং মখোপুংগী শোফপুং, কংলাদা লাহুরমলেনগী চংনফোন্দা মপু খঙবা পুথ্রি, চোয়ন্ত কৌই। মীরমলেনগী চৎংলোন্দা মাঙব খল্লগা থৌরম পাঙথোক্লিব অসিদি, লাংবা চক্তং, লাবা শিবা ভম্বীরম্বা লাইনাও

ভাবা, লাইনাও ভাবী, অনিদগী ভাইবঙ মীনা, নাবা শিবা, লৌ-হৌবা ভাঙ্কক্তি, হয়িচক, কয়াচক, লাংবচক কোন্নচক চক মরি অসিনা লৈনা লৈনা, চক মরি অসি অমুক লোইবা, অমুক হৌবা, অসুম্না ওল্লকপনা তরেৎলক শুবা লাংবচক্কী লাগা অচৌবনা লোইখিবা লাখা মচানা হৌরকপা মতাংদা ইপা লাই, ইপু লাই-ওইবশিংনা মী পোকপা মপা, মমা অনিনা লাওপুবা থা তরা-নিথোই শুবদা ভাইবঙ মী পোকপা, থা মশী'বু সুমিৎ মশীংদা ওন্থোক্নুনা, সুমিৎ তরানিথোইগী তংথায়দা মী পোকপগী ঈ মপাল থাবা সুমিৎ মশী'গা চাননা মী শিবগী লেরাং লৈহুন ভল্লিবনি। ভসি সুমিৎ তরানিথোইনিদা লায়-থৌরম তৌরিবা অসি ইপা-ইপু লাই ওইবশিংনা লাংবচক্কুগী তৌরকপা কায়দনা, মচা মশু ওইবা ঐখোয়না ভসিস্ত কায়দনা চৎথরিবা থৌরমনি।

## তাইবঙমী শিবগী থা ১২গী থৌরম

তাইবঙমী শিবগী থা তরানিথোইদা তৌরিবা থৌরম অসিদি চৎনবগী মতুং ইন্না তৌবনি, তৌদ্রবস্ত য়াই। থা তরানিথোইগী থৌরমগী অহানবদা শোম্নবুংগী কংলানা তেংপানবা মপুগী ফম্বাল শেমগনি। শেমলিবা ফম্বালগী মথক্তা অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবা মচু অহুমগী ফিজ' থনগনি। ফিজংগী ময়ায় চানা অশেংবা লৈপাক্কী মথক্তা অকায় অতোয় লৈতবা লা থায়গা, লাগী মথক্তা লাইনিং থুদা নিপালগী শক্তম য়েক্কনি।

লাইনিং খুদা নিপালগী মথক্তা শিক্তিন্নত্রিবা অঙৌবা কি থাগনি। থাম্নিবা ফিগী মথক্তা থরায় য়াইবীরেন শিদবগা তোঙান্দ্রবা লাইরিক খুবাক খুনম লোনবু থমগনি। লাইরিক্কী মাঙদা লাংথৈ মপোপ অহুম, কঞ্জবা অঙাঙবা লৈ তরেং, হৈরুক অমা, পানা শেল অমা, থোইরু থাংমৈ, মেক্রুক থাগনি। মখোক য়াওদবা লৈ থরা থেনগৎতুনা থমগনি। লাঙলিবা পোৎলম পুন্নমক নমু পোংশেংবনা নাহৈগনি। নাহৈবা লোইরগা তেংপান মপুগী মিংথৈ, মিংলেল শোনবগা লোয়ননা তেংপান মপুগী খুয়াদা লৈরাং লৈহুন তম্না পুনেমজগনি।

## থা তরানিথোইদা ইরাৎফুগী থৌরম।

শোম্নপুংগী কংলাদা ইরাৎফু থম্নবা অশেংবা লৈপাক্কী মথক্তা য়াম চাইরগা, য়ামগী মথক্তা ইরাৎফুগী খুদা ময়েক য়েক্রুগা, য়েক্লিবা অসিগী মথক্তা লাদা ফৌ থরা হাপ্লগা ফৌগী মথক্তা ইরাৎফু থিনগনি। ইরাৎফুগী মঙক্তা মচু তরেৎকী লৈনা লেংবা পরেংন অহুমলক কোয়রগা কিগনি। ইরাৎফুদা হাপ্লবা চেং, লৈ তিংথৌ থমগনি। ইরাৎফুগী মাঙদা হৈরুক, পানা, থোইরু থাংমৈ, মেক্রুক শেল অমা থমগনি। থমলিবা পোৎ পুন্নমক নাহৈগনি।

ইরাৎফুগী মতিক ~~লাই~~ শ্রী শ্রী— মখেক অহুমু লাই শোনবদা থরায় মিতম্নন ইরাৎফুদা ঈশিং হৈগনি। চেং লৈ, তিংথৌ মপোপ অহুমলক হাপকনি। ময়াই মঙাগী শক্তম মম্নেকপু

লাইশোনবদা  শোনবদা ইরাৎফুদা, চেং, কৈ, তিংথৌ মপোপ মঙারক হাপকনি।

সুমিৎ চয়োল তরেৎকী মিংথৈ (১) তাহুইরেং অহানবা (২) লাইরেনতাওতনবা (৩) য়োইময়াই (৪) য়োইথোমথোক, (৫) থোমথোক নানৌবা (৬) য়োই পরেং (৭) পরেং লৈশংবা, সুমিৎ তরেৎকী চেং, কৈ, তিংথৌ মপোপ ইরাৎফুদা তরেৎলক হাপকনি।

ইরাৎফুগী থৌরম লোইবদা মিংথৈরোল লাউগনী মিংথৈরেন্দী হৈরী মিংথৈরেন কোনম্না মিংলেন য়াই হৈরোম শিদবা তোংগং মকারাবনা য়াইফরে, য়াইফবনা য়াইফরে, য়াইফরে য়াইফরোল লাউবা লোইরগা তারা লুথোংগী থৌরম থরায় য়াইবিরেন অথোইবগী তারা লুকথোংদি তোপ্পা চাফু অহনবদা তারা চাক্কা কোম্নরা শমলৌ মথেল মঙা থোংগনি ঙা শরেং অমা, চমফুৎ অমা, শিংজু অমা অহুমসিদী য়াওদবা য়াদবনি থোংগদোরিবা এঙ্গাং মথেল মঙামক থুম, থরী থাকপা য়াদে থোংগদবা মীদি ময়ুম পান্দ্রিবা সুপী মচানা থোংগদবনি।

তারা লুথোং লাংলিবা অসিদি তাইবঙ মীনা হিংলিহৈদা মমাগী থোম্লাং থক্তুনা হিংখিবা, তারা চাক চাত্তনা পুন্সি মতোল লোমখিবা, মী থুদিংমক্তা তাইবঙগী লমদাংদা অকবা তোবা, কক্তবা তোবা লিচৎ, শাজৎ, ককবা, অথিবা তৌখিবা থৌরম পুম্নমক, তাইবঙগী হকচাংগা লোয়ননা তৌমিন্নরকপা থরায য়াইবিরেল অথোইবগীদমক থা (১২) নিথোই মপুং ফাবা ওসি

অপানবা কোরৌ নো'ঙাদা তাইবঙ পান্দা হিংডুনা লৈহৌরিবা মীনা, ইপাগীনি, ইমাগীনি, ইপুগীনি, ইবেনগীনি ইচিল ইনাও-গীনি, ইচলগীনি, হায়দুনা তারা চাককা, শমলো, এনসাং চমথোং মথল মঙাগা লোয়ননা, চংবি লারাক ফজবদা, তারা চাকা শমলো মথেল মঙাগা লোয়ননা শোম্নবুং কংলাগী মনিং চুথেক পাংবদা রাই তৈরবা লৈপাক্কী মথক্তা ফজনা থারগা তারা লুথোংগা শমলো মথেলগা লোয়ননা থেগৎলবগী মথংদা থেনগৎলিব, লুথোং অসিদি নহাল নোং তাইবঙ পানববু থাদোকপ্রবা (শিখ্রবা) মী অদুগী শুমিৎ ১২ নি শুবা শুমিৎতা শুমাঙ মথৌবুংদা লান্ন-থৌরম তৌবদা থৌরমগী মপু ওইখিবা।

থরায় য়াইবিরেল অথোইবা লোইদাম থাজ পাখংবা থরায় পানবা পুম্নমক্কী মশা, মশাদা পক্তুনা লৈরিবা লোইদাম থাজ্জা পাখংবা মমৈবু ময়ামা চিক্তুনা থরায় পানবা পুম্নমকপু কল্লিবা পাখংববু লাইকোক্লবা তারা লুকথোং লাওজরিবা অসি থরায় য়াইবিরেল অথোইবা ইবুঙো নংনা, নচা নশু ওইবা ঐথোযনা লাওজরিবা থৌরম্ম, নমিৎ চামনা শং, শং, য়েংবিযু। ননা চামনা শং, শং, তাবিয়ু হায়না পুনেমজরী।

লাইরমলেল, তিল্লমলেন খায়বগী থৌরম লোইশিল্লকপা মতাংসিদ, থরায় য়াইবিরেন অথাইবদা লৈরা' লৈহুন তম্নগা লোয়ননা মীরমলেম্না শিরগা লাইরম লেন্দা থিনগৎকনী থিন-গৎপগী মারোংদ তাইবঙগী ইমানা, তাইবঙগী ইপাদা থিনগৎকনী হপানা মথং মথং, থিনগৎখিদুনা, লেঙদবা থরায় য়াইাবরেন

শিদবা য়েৌনা থিনগৎপা থোরম অসি মীরমলেন থাদোক্লগা লাই-রমরেল তানবা অসিদা থা তারানিথোইগী থোরম কৌবদি অসিনি, মফমদি থোরমগী চিংথৈখেদা ফিরাল য়ূংলগা ফিরাল মখোঙদা

তৌগদবা থোরমগী মতাং অসিদা [illegible] — —ময়েক অহুম

লাইশোনবগা লোয়ননা স্না য়াইনিংথৌ, য়াই মনিক অশংবা কায়বা মী খুদিংনা লাইশোলগা লোয়ননা থোরম লোইশিনগনী। তৌরিবা থোরম অসিবু মরুনা, মরুদা হজিনবা কৌবা থোরমদনী অসিনী। অরোইবদা হৈযি মিংথৈখেরেন লাউগনী, মিংথৈখেরেন্দী হৈযি মিংথৈখেরেল কোনস্না মিংলেনয়াই হৈরোম শিদবা, তোংগং মহারাবনা য়াইফরে, য়াইফবনা য়াইফরে, য়াইফরে, য়াইফরে।

বাচন্দোক: থরা ইজবা তাইবঙ মীওইবনা শিবা স্নুমিং-ঙগী লোৌরগা স্নুমিৎ চাহুমহুফ, মঙা, থানা তারা নিথোই শুবা স্নুমিৎতা তারা চাক্লী থোরম অমা তৌনরিবা অসিগী মরমদি লাইরমলেন, মীরমলেন খায়বগী থোরম কৌএ। মাংলমচৎতা ইপা, ইপু লাইওইবা মীশিংনা ইরম্বা লাইরিক্কুগী ফংবদি হয়ুম কৌবা তাঙ্কক অমা, খোইয়ূম কৌবা তাঙ্কক অমা তাইবঙ কৌবা তাঙ্কক অমা অহুম থোক্লা ইরমই। মথক্তা পনখ্রিবা তাঙ্কক অহুম অসিগী মতমদি হংকোমরিগী মমাংদা লৈরম্বা অহুবু হয়ুমগী মতাং কৌএ। খোইয়ুমগী মতাংদনা হংকো মরিদা শানন-খিবনী তাইবঙগী মতাংদনা হয়িচক্কুগী হৌরগা কোননা চক ঙসি

কাওবা শাননরিক্ক অসিনি। মরম অমনা থা তারানিথে
তৌনরিবা তারা চাক্কী থৌরম অসিদি, তাইবঙ মীনা শিগ্রা
মহাক অচুগী থরায় য়াইবিরেন শিদবনা লোইদাম থাজা পাখ
তিনখিবা মরম্না তৌরিবা চাককী থৌরম অসি খোইয়ুম্না চংনঃ
থৌরম ওইবা মরম্না শমলৌ মখেল থোংবদা থুম থাকপা। ম
মরমদি তোপ্পা চাউনা ইডুনা লৈগ্রে। খোইয়ুম লাইগী (
ওইবনা তারা লুক-থোংগদবা মীওইদি মপুং মরৈ কাদ্রিবী
মচানা থোংগদবনি। মরমদি মপুং মরৈ ফারবা নুপীদি লা
লেনগী, পী কায়বা মশক ওইরবা মরম্না শমলৌ মখেল তরা লুং
থোংবা য়াদবনী।

---

লোইরবা